# কাব্যাগী ৱারী মচা

ইরুবা

শ্রীক্ষেত্রি মতুম্ব সিংহ
( ৱারী লীবা )

মমল লুপা ২·০০

কোংদোকচবা

শ্রীক্ষেত্রি ইবোবী সিংহ




১বা নম্বা

শোক ১৯৬৯

কোপী ১০০০



নম্ফম : সরস্বতী প্রিন্টিং ৱার্কস, ইম্ফাল।

# কাব্যাগী ৱারী মচা

## ১বা

( ৱাজ পণ্ডনি, দুর্য্যধন, শোকুনি, পুরোচন মন্ত্রি )

দুর্য্যধন—পুরোচন মন্ত্রি ! ঐগী চেকশিনবা মন্ত্রগুপ্তি ইভাওদনি। মাকোং তরুকগুনা তাবা ৱাদবা অয়েনবা ৱানি। অতৈ নত্তে শোকুনি; ( শোকুনিদা ওনশিন্দুনা ) ঐনা মন্ত্রি অনিগী মফমদা হায়জ নিংবদি—পাণ্ডব মঙাসে ঐখোয়গী য়েক্লবনি। মখোয় মঙাসি হিংলিবমখৈ ঐখোয়গী হুংঙাইবা লৈররোয়। মখোয়দি লৈবাক ঙাকপগী মথৌগুম চিন্দবনিনা প্রজা মীয়ামগা ঙাইহাক লৈত্তত্রিম তোংনহুনা লৈ; ঐখোয়গী—অশোয়বা ফত্তবা তমখোক্লে, মখোয়গী ঙংকবত থন্দুনা প্রজাদ তম্লে, প্রজানা ঐখোয়বু য়ানিংলক্তে। পাণ্ডব মঙা হিংলিবমখৈ কাণ্ডবদা লিন চণ্ডবগুম, খুজিন্দ তুম চণ্ডবগুম তুম্বা, হিংসা, চাবদা থোয়দাবা হায়বত্থু ওইররোয়। মখোয় মঙাসি করম্না হাংশিগে ! হায়বসি—ফত্তবা মিংচৎনু লৈত্তনবা, প্রাজানসু মাখোয় মথন্তু করিগুম্বা মরম অমদগী শিজবা মালহনবা, মসি ৱাম্না মুম্না তানিংবনি। হৈশিংলবা মন্ত্রি ঙাকনি করি করম্বা উপায় লৈবগে ?

শোকুনি—চুপ্পা যুবরাজ ! প্রজা মীয়ামদা মখোয়না মীনম্বা ওইদবা অমগি ঐখোয়গী থম্নদং শোয়বা খুদিংমক প্রচার তৌই। ননাইনা কোম্বংদগী কুমথিবদ মী থরা ৱারী শানরম্মী, সন্ধ্যারাই ঙ্গাংতুনি মমক্তুক তৌবা মতম্রি।

পুয়োচন—অ: অ: করি ! করম্বা য়ারী !! (মখোয় অহুম মকশিন্নৈ)

শৌকুনি—শিনি ! অমনা হায়রকই—"ভাই ধর্ম্মবুদ্ধি ! লৈবাক অসি নোংম নোংমগী লৈখা তাররুগনি, খুৎকন পাঙ্গনবা শেঙ্গাও পায়বা কাওবুসি তুমিন তুমিন লোইশন্দুনা মাঙহন্দ্রবদি বিজয়া মাঙবা তারে" অসিনি। অমনমুক খুম্নকই—"অ: চুম্মী ইলাও ধর্ম্মবুদ্ধি ! পাণ্ডুনা নিংথৌ ওইরমম্মিদনা ? পাণ্ডু লৈত্রবদি যুধিষ্ঠিরনা নিংথৌ ওইকম থোকই। ঐখোয় প্রজা মীয়াম্ন—মিত্তাংবনা নিংথৌ ওইবা পামদে হায়রবদ:—পাণ্ডুরাজনা—ঐগী ইয়াম্বা হায়বহু ওইরুরবনিনা, ইয়াম্বা লৈনা লৈনা ঐনা নিংথৌ ওইবহু ঐনা ওমজরোয়দোরে। ঐনা প্রজাগী থবক খুদিংমক, লৈবাক ওাকপগী থৌরম পুম্বা পুজগে, ইয়াম্বনা মমিংত ওইরবম্ন নিংথৌ ওইবসি য়াবিয়ু। অসুম্না হায়জবদগী মাগী পুকচেল কজবা উবদা প্রজানা য়াহুনা মমিংত ওইনা ধৃতরাষ্ট্রনা নিংথৌ ওইখিবনি। অশেংবা নিংথৌগী থবক তৌবদি পাণ্ডুরাজনি। ধৃতরাষ্ট্রসে মমিৎ তাংবগী মতিক মপুকম্ন ফত্তে। মীনম্বা শাসনসি মাংহন্দ্রবদি নোংম নোংমগী মরায় চায়থরক্তুনা বিজয়াসে হয়েংদি পুম্বাও মাংগ্রনি।" অসিনি; মখোয়না ওাংনহৌরিবা। পুম্নমক মখোয় মওাগী থৌইনশিন ওাকুনি। থুনমক মখোয়বু ফত্তবা খুজিন থৌরাং অমা তৌহুনা মাঙহন্দবা য়াদবনি। (মতমসিদা ধৃতরাষ্ট্র মহারাজ রাজ দরবার কারকই। মনায় কর্মিকানচিংবা থৌগন তৌরকই)

দুর্য্যধন—এ ! পাবুং মহারাজ ! লেংলক্লে, ঐখোয়গী

রাসি পাবুং মহারাজদসু হজংসি। (নিংথৌ থোরকই)

দুর্য্য—পাবুং মহারাজ ! নগানা খুরুমজরি।

ধৃত—করিনো দুর্য্যধন? নমথাওদ ঐবু ভাইরম্বদি করি হায়নিওবা লৈ?

দুর্য্য—পাবুং মহারাজ ! বর মন্ত্রি অনি—পুরোচনগা শৌকুনিগা ননায় ঐহাক্তা করিগুম্বা, করিগুলৈত্রবা রাকম থর তানজরম্মী। রাকম অসি পাবুংদসু হজংচগে রাজ দরবার য়োরবদি লৈবাক প্রজা তিল্লনি খুদোং থর চাররোইদ্রা হায়দুনা ভাইজরম্বনি।

ধৃত—করিনিনা? ইবুংঙো তাসিদনা!

দুর্য্য—পাবুং মহারাজ! লৈবাক মাঙবা ভারে। পাণ্ডব মঙানা নত্তবা অত্যাচার তৌরে। ওইদবা ভাক্তা হায়জিন্দুনা প্রজা পুম্নমক ইন্নাং লাওহল্লে। "অঙ্গ ভঙ্গনা নিংথৌ ওইবা য়ারোয়, যুধিষ্ঠিরদা নিংথৌ হাপ্পনি" হায়বা রাহৈনা প্রজা মীয়াম শিনখ্রে। নচা ঐথোয় চাম্মবু ঊৎকুম থনখ্রে। পাবুংনা রাখন অমা তৌবিত্রবদি অরা ঈপাক্তা তাবা শোইত্রে।

শৌকুনি—শ্রীবুং! রাখন তৌবিয়ু। পাণ্ডবপু কিবিগনু। উপায় অমা য়েংবিদুনা মখোয়বু তাম্মোকপিয়ু, মাংহনবিয়ু। ননায় ঐথোয়না লোম্না পাও কয়া কংজরবনি।

ধৃত—মরাল লৈতবা মঙাবু করম্না তানগনি। ইনাও পাণ্ডু লৈরিঙৈদা ময়াম্বা ঐবু লাইগুম লাংলম্মী। নিংথৌ নামাত থম্বনি, ইনাওনা লৈপাক ভাকপনি। কনাগুম্বা মনাও অমত্তনা ময়াম্বদা অসুম্না তৌদে। ইনাওচুগী মচা মঙাসিনা অমুক হেন্নি।

ঐবু লাইগুম নিঙলিবা যুধিষ্ঠিরনচিংবা পাণ্ডব মঙাবু করি করম্বা দোশ থৈজিনগনি ? মখোয়গী মরাল লৈতে। অতূগীসু মখক্তা শক্তি লৈবা পাণ্ডবনি। মখোয়গী পক্ষদা মনায় কয়া কয়া লৈরি, মখোয়বু তানবা য়ারোই, দুর্যধন

দুর্য্য—পাবুং মহারাজ ! মখোয়বু অদুক য়াম্না কিন, হক্তোয়না লৌবিরুসু। পাঙ্গনবা মীবু লৌশিংনা হাৎকদবনি, লৌনিংবা মীবু শেল পীরগা, নত্রগা রাশক্তুনা থাজহল্লগা হাৎকদবনি। ভার্গব মুনিনা হায়রি—রাজ নিতিদা, য়েক্লবা মীদ মীনম্বগী দোষ লৈতে, অশুম্না। প্রজাদ শেল চাইরগা মঙাবু থুদেম চনবা ঙমগনি। রাখন তৌবিয়ু ননায় থোরাং তৌজগে।

কর্ণিকা মন্ত্রি—অচুম্বনি মহারাজ নচা ইবুংঙোগী রাসি। য়েক্লবনি থঙলবদি মতুবু ইচম চম্না থম্বদি লৈবাক ঙাক্লোনদা অকায়বা ওইগনি। আজ্ঞা ! য়েক্লবা হায়বসিদি মরাল লৈত্রবসু মরাল থেজিনগদবনি; দণ্ড পীগদবনি। থিক্তং কংবদা থুদক্তা ফাগদবনি, অসুম কুইনা য়েংদুনা লৈরিঙৈদা মখোয়গী থবক মপুং ফাখিবনা হানখিনি। থুপ্ল অমুক, ফোংন অমুক য়েংগনি, মরমচৎ ফত্রবদি, য়েক্লবনি থংলবদি, চংজরক্লব কাণ্ডবদা কনরিবগী কান্নবা লৈতে। লাইথুংনে, মৈনে, ঈশীংনে, য়েক্লবনে মখোয়শি অমত্তনি থোরকপদা মাঙহলহৌত্রবদি তুম্না মাঙহল্লক্লনি। অঙম্না লৌশিং তৌদুনা য়েক্লববু মাঙহনগনি। রাব্রী অমা লৈ—কৈ অমনে, উচি অমনে, খৈরোয় অমনে মরুপ শান্নৈ. বন অমম্না লৈমিন্নৈ। নোংম্না শক্তি অমনা তুমদুনা লৈরিঙৈদা মখোয় মরাম থন্নৈ—ইত্তাক

নোংশা নংনা শজিশি ফারো, ময়াম চামিন্নবা। নোংশানা হায় —ঐনা চোংশিনবদা মান মিৎকপ থোকপনা হানখিহ্না চোংথ্রবদি ঐদি তান্নহ্না ফাবদি ফান্নোয়। অহুদি; ইতাও উচি নংনা তুম্মিন্ন চংহুন মাগী খুগাশি চিকথৎলুরো, মানা চেনব ঙমগ্রবদা ঐ হেক্তা হাৎলগে। অসুম্না মথোইনা ঙাংনব মতুং ইন্না শজিহু ফারে। ঙাইহাক লৈরগা লমহুইনা থল্লি—শজিশি ইথম্ত চারংগ লোশিং অমা তৌরগে। অসি থল্লহ্না লমহুইনা হায়রকই— মরুপ লোইনমক ঙসিদি মাংস শ্রাদ্ধ তৌসি পিতৃ লোক্কী পেন্ননবা, শজিসি ঐ শঙজহোগে ময়াম ইরুজবীক্নরো। ময়ামহু য়াম্না ফবা য়াথল্লি ফরে থম্নরুহ্না ঈরুজবা চৎনথ্রে। নোংশানা হান্না কারকই লমহুইনা হায়—ইতাও নোংশা! উচিশে মবুক ওন্থোক্ল ফৎখিদ্রে "ঐনা খুগা চিকথৎচহ্না ফাজবা শজিস্নিবু নোংশা য়াওনা চাগদৌরিবনিসে" অসিনি মানা শোম্থাংননা, ইতাওনা মাংখাহ্না ইরুজবা চৎখিবত মঙাইরি, হায়রম্লিবা। য়াম্ন তাবদা নোংশাহু ইকায়হ্না "চাররোয়" হায়হ্না চৎথ্রে। কৈ লাক্লে, লমহুইনা হায়—ইতাও কৈ! নং নোংশাগা থেংনরক্তা করি য়া হায়নরকপগে, কনানা করি হায়জিনবা য়াওরবনো থঙদে। নঙবু হাৎকনি হায়হ্না থিখিবনি। কৈহু "ইতাও ঐদি থোইদোকপা খঙদে অহুবু ঐ চৎথ্রগে. শোংশানা শাওবা ফরগা কোম উম্নরগে" হায়রম্লগা চেনথ্রে। উচিহু লাক্লে, লমহুইহ্না উচিহু য়েংহ্না হায়রকই— ইতাও উচি য়ারি! অমা তমগে—থৈরোয়হু লিল অমগা চিক্লবদা লিম্না ঙম্লে হায়। মানা "ঐদি চাবিহু, শজি অমা ফাহ্না লৈহোরে মহু, নঙগী, শরুক থুংজরগে" হায়হ্না পুরক্লিবনি,

হায়না লাকমিন্নরম্মি। ঐনা ইতাও ময়ামগী মরা তাত্রবদি পীবা ভুমলোই হায়ত্নুনা খিংলে। অহুদা খৈরোয়হুনা ইতাওবু হাংলগা পীজনি হায়ত্নুনা লিন্দুগা চৎমিন্নখিবনি; খেংনত্রা ?ৱাহু তাবদা উচিহু কিহুনা—"মরুপ অহুদি ঐ মখারোমদা চেনশ্রগে নংনা ঐবু স্নুংশিবিহুনা অরাংলোমদা চৎখিবনি হায়না অমুক লাক্লবদি খরা তাকপীয়ু" হায়রম্নগা চেনশ্রে। খৈরোয়হু লাকপদস্নু লমহুইনা "লিল অমগা উচিগা নংবু হাংকনি হায়হুনা খিবা চৎখিবনি" হায়জিন্দুনা চেলহনশ্রে। অস্নুম তৌহুনা লমহুইহুনা লৌশিংত্তগী পাঙ্গন্না মাবু ভুম্বা শা পুম্বা চেলহনখি, শজিন মথস্তা চাখোকখি। অহুনা মহারাজ রাখল তৌবীগদবা ওই; তানরগা খোকপা ভাক্তনি।

ধৃত—ফরে অহুদি; ঐস্নু খনববুদি খনবনি অহুদা পাপ কর্ম্ম ওইন তৌবহুদ ঐনা স্নুংবংননা তুমিন লৈবনি। লুরিববু—ইপম্বো ভীষ্ম, গুরুজন, কৃপাচার্য্য, অশ্বত্থামা, বিহুর, মভাশিদি তাবদা য়ারোয়দৌবা থবক্লি। কমদৌনা থবক পাক্লনি।

হুর্য্য—গুরু মরিদি ঐগী মীনি, পাবুং মহারাজ! বিহুরতনি মভাগী পক্ষদা লৈরিবা, মা মথস্তনা করি ভুমগদগে? স্না বুদ্ধি ত্তৌবিয়ু মভাগা নক্লবদা ঐখোয়গী অক্ববা করিমত খোকলোই, ননাই ঐদি অহিং ভুম্বা ফাওবা য়াত্রবনি। ভিমগী থওয় উশিত্তবা ৱাভাংশিংশে অস্নুম তাশিল্লক্লবদি নোংমদি অচৌবা ৱাখোক ওইরক্লনি; মহুনা অফবদি নত্তবা।

ধৃত—হুর্য্যধন নহাক্কী ৱাখল্লু বলৎকার ওইনা পাংখোকপদি অথীবা মীংচৎ ওইগনি। নবুদ্ধি নরৌশিং পুখোত্তুনা থৌরাং তৌ! লইবক য়েংশি। (কোন্নুং তম্না চৎখি মনাইশিং খোগন ইন্নখি,)

দুর্য্যধন "পাবুং মহারাজ" হায়দুনা খুরুমদুনা লৈহৌই )।

দুর্য্য—দুতশিং!

দুতশিং—যুবরাজবু! (খুরুমই)

দুর্য্য—পুরোচন মন্ত্রি!

পুরোচন—যুবরাজবু! করি...............।

দুর্য্য—চেকশিল্লরুগা ইতাও নত্তনা ৱা তানকম লৈতে। দুতশিং! নখোয়গু য়াও! অদুগা ৱা অমনা তৌগদৌরিবা থবকশিংশি কনাগুম্বা মী অমগী মচিন্দগী কোংদোক্লরক্লবদি; মীদো মাগী শাগৈগা কোয়না মথাই লৌগদবনি; চেকশিনগদবনি। বারনাবতিদা চত্তুনা চাগী য়ুম অম শারুরো। য়ুম্বী পুয়মক মফুং হুংলগা মফুংদা মী' থাও হাঞ্জিল্লু। হুমদাং খুদিংমকস্তু মহুমা তৌগদবনি। প্রান ভায়! মপান্দদি স্না, লুপা থামদুনা থাজহনগ-দবনি, মপাঙ্গনস্তু মতিক চানা কলহনগদবনি। অকোয়বত্তু থাঙ্গপাৎ পাক্ল, চাওনা, ভিন্না ৱাংম লান্না চোংবা ওমদনবা তৌগদবনি। মফুংদা, মথক্তগী হেক য়েংবদি উদনবা লম্ব, লাংসোই য়ুংশিল্লু; মখোয়না চোংথরগা ঈরোইদুনা লানগে হোৎবদা লেংদুনা শিনবা। কোম্ফুংগী মখুৎ হৈব; থবক ওবা, খুৎলাই পায়বা মাস্মী অক্ষৌহিণী অমা পুখো। য়ায় চেকশিন্ন য়েঙলগা, মখোয় মঙানা পুন্না য়ুমদুগী মফুংদা লৈবা মতম চানা মৈ চুগদবনি; মনিং মমাং থোঙ লোনশি-ল্লগা। থোঙ, ফক্লাংনচিংবা কাওথেক্তুনা থোয়কপা ওমদনবা নিংথিনা শাগদবনি।

পুরোচন:—য়াম্না কনি, মজা ঈবুংঙো! অওইবমক পাংথো-কচনবা হোৎনজুগে।

শৌকুনি—জ্ঞান নৈদা মজাইবুংঙো মামানা শোয়দনবা শিনগনি।

তুর্য্য—মামাখোয় থ্‌াই চঙতুনা হোৎনৱিগদবনি। অশিনসু লোইত্রি—প্রজাদ শেল চাইখায়গদবনি, সদাবর্ত্ত তৌগদবনি। মহাদেব মুত্তি লিংখৎতুনা কুম্মৈ তৌগদবনি, অতুদগী মখংগী খবক চত্থগদবনি। অতুদি ময়াম অচেৎপা ৱাখলগা লোয়নন খবক চত্থনবা তৌরুরসি।

ময়ান—ৱাম্ন কনি যুবরাজ (ময়াম্মক লোইনা থোকখি)

২ শুবা

(লম্বীনি, প্রজা খর ৱারী শাতুনা থোরকই)

১ বা প্রজা :—নত্তে! নত্তে!! প্রজাশা, তুর্য্যধন যুবরাজগী নিয়মসি করিনো? করি খুজিন থৌরাংনো? খমনিংঙাই ওইবা ৱাকমনি।

২ শুবা প্রজা—করিনো মৱাপ্ন ঙাওখৎলক্লিবতুবো! খবক শু হায়বসু নত্তবা দক্ষিনা লৌয়োলাও, চারোলাও, খক্লোরাও, হরাও কুম্মৈ য়েংলোলাও লুংঙাইম্ন; মতুগীদমক বারনাবত্তিপুরবু থাগৎলু; সিতনি। থাগৎসি কৈদৌবগে।

৩ শুবা প্রজা :—চুম্মি! মৱাপ্ন হায়বা অনাবা কমশেন্নৌ হায়বসু নত্তবা, পোৎলুম পু হায়বসু নত্তবা—থাগৎসি, পুকথন্না চারুসি।

৪ শুবা প্রজা :—কজববু থাগত্তনা করিবু থাগৎকদগে। কজেনা বারনাবত্তিপুর হায়বা মকমদো! অনিশুবা বৈকুণ্ঠনি! য়েংঙ্ য়েংঙ্ খুদিংদা মিৎকম হোংবা ৱাদে।

৪ শুবা—চুমগ্রপোৎনি মরূপ! পাণ্ডু নিংথৌনা কৎলম্মি হায়ব শিবদুর্গাগী মণ্ডিরদুনা কয়াদ নিংথিজারবা! অহিং হুংখিল খায়দনা ঙান্দুনত লৈ; অঙকপা, ফজরবা কুম্মৈনা ভারি ভারি তৌরিবা! অদুবু উত্রিবত্ত পাপ চেন্নবা মী হায়বদুনি।

৫ শুবা—চুম্মি বারনাবতি হায়ব মফমসি মর্ত্তদা অতাংবা মফম্নি। হুজিকস্তু চৎলুসি। ঙয়াংগী হয়াই মহিদু হাওপ্রেনে! জগোয়দুনা মিং পেনগ্রিবা (ঙাংন ঙাংননা ময়াম চৎপা হৌই) থাং তাগী কুম্মৈনা ইমানা পোকপদগী উত্রি।

৬ শুবা—ঐদি অতৈদি লাইরদুনা ঙারাং রত্ন, পেয়া, সন্দেশ চারকপদা হুজিক ফাওবা পুকনে; (মবুক ফুদুনা) য়াত্রে! (ময়াম লোইন চৎখি। মথোয়না চঙখিবা মায়কৈদগী পাণ্ডব মচিন মনাও মঙা যুধিষ্ঠিরনা মাঙ থাদুনা থোরকই। থরাই হুংঙাই ফাওন ঊই)

ভীম—য়াম্মুং! ইপম্বৌ ধৃতরাষ্ট্র উনবিরুরগা থরায় হুংইতনা থোকপিরকপবু … …। ননাওদা তাকপীয়ু।

যুধি—থোইদোক্ক অরুবা রাকম্বুদি নত্তে, য়াইমা! ইপম্বোদ ঐনা—"ইপা ইবুংঙো পাণ্ডুনা লিঙখৎলম্বা শিবদুর্গাগী খুভম চাওনা লৈ হায়, বারনাবতিদা। শিবদুর্গা দর্শন তৌজরুগে। ইপা ইবুংঙোগী মঙ্গল নিজরুগে" অম্মুম ইচম চম্বা হায়রুবদ ইপম্বোনা —"য়াম্ম ফয়ে যুধিষ্ঠির, নমা ইবেম্ম অমদি নচিন ননাও লোইনখো! নোংমত্তা নত্তে খিল ওইনা লৈরুরো। নংনা পুন্দিংবা ধন জন মত্তিক চানা কোন্নুংদগী পুখিবা য়াগনি ইত্তশিং অমত্ত রান লৈবা য়াব নত্তে।" অম্মুম তাকপিরকই।

ভীম—মতুগীদমক্তা য়াম্বুঙনা মায়থোং লাংশিনবিবা করিগীনো ? তঙ তান খিল ওইনা লৈবদি নচা ১০০ লৈহন্নু, ঐখোয়দি অল্লি, হায়দোক্কে। ননাও ঙাংনজগে রাবিল্লু।

অর্জুন—দয়াইমনা হায়ব চুম্মি। ঐখোয়বু তাম্বোক্লগা মচাশিং শেমগে তৌবনি ! চৎকম খোক্তে য়াম্বুং।

নোকুল—য়াম্বুং ইবুংঙো তাবিয়ু ! ঐদি চৎচগে হায়জরবনি অতুবু অঙাংশিংনা য়াদ্রে হায়বিরো।

সহদেব—য়াম্নালাইবা রাদ ওম্বোক্না লুন থন্নরে। নোংমগী-দবু শিবতুর্গা দর্শন চৎকে হায়বনি। হোংবগী মরম ওইরবদি চহি ৫০। ৬০ মুক লৈরগা অরেপ্পা হায়জগে হায়রগা লোইরে।

ভীম—সুংঙাইদ ! জ্ঞান লৈবা, ইনাওনা ইহেল হেল্লি। লাও ইয়াম্বা কোনগে। বিদ্যার্থী হায়বসিদি রাঙাং অমা হেক্তা ফজরকই। মাগী রাসি চৎলোই হায়বস্তু নত্তেনে ; কয়াদ মচু তাগ্রবা !

যুধি—করি রানো ইনাওসা ! জননি ইমানস্তু ঈশ্বরদা ভক্তি লৈতবা ময়ামসিগা লৈমিন্নববুদি তোপ্প লৈবনবু পামতক তৌই। য়োবু য়োরক্লগনি, করি তত্নো থুরাইবুংঙো বিদুরগা ঙাংনহৌরিব অতুবো ? পুন্নমক্কী মথক্তা ইপাবু হেনবা ইপন্নি। চীংদা কাও কাবা তাই ঈশীংদা কুম্মু কুম্বা তাই। জননী ইমা ঙাইব ওইনা ঙাকুং লৈথিসি। হোংদবা য়াদবনি ইনাওসা। মতম চুপ্পদা লাল্লবগী মীচঙ ওইরিবা শ্রীকৃষ্ণ লৈরি। কৃষ্ণগী নাম কাওগন্নু। এ: জননী ইমাগা থুরাইবুংঙো বিদুরগা য়োরক্লে। ( বিদুরদা ওনসিন্দুনা )

খুরাইবুংঙো ! লাপ্না খিঁন্দোকমল্লে, লৈবিহৌরো ! কায়নরমদায় মতমদা মচাশিংগী মঙ্গল পীবিয়ু। ( খুরুম্মী, ময়ামম্নু খুরুম্মী )

বিদুর—হৌগৎলু মঙামক ! মতম থূদিংমক্তা তোল্লববু কনবিবা হরিনা নবাক্তা লেঙদনা লৈদুনা কৃপা তৌবিবা ওইসনু !!

কুন্তি—কৰিনো যুধিষ্ঠীর নমিত্তা নপি তাবদি !! রাক্ষনু হরি মাগী নোংদমখোল লাকনি। হুজিকমক্তি মখোয়না পাল্লিবনিনা, চাওরিদো। মখোয়না চৎলু হায়বা মায়কৈদ চৎপা তাই। মচা শক্ক য়োকপি, তম্বিরক্লিবা নপু ভীষ্ম, গুরু দ্রোন্নচিংবা লাইগুরু পুম্বা কাওগন্নু। নথুরা ইবুংঙো বিদুরনা মতম থূদিংমক্তা মনুং মপান থায়দন নখোয়গীদমক্তা রাবিরি হায়বা কাওরোইদবদি। (বিদুরদ ওনশিন্দুনা) ইনাও ইবুংঙো মুংশিদা !! অতৈ কায়নবদি খোইনবু খন্দে, ইনাও কায়নগদবসি ইতৈমগী থমোইসি কায়খরে। মপাবুং মশক খঙহৌ- ত্রবা নচা মঙাসে ; ইনাও লৈরি হায়দুনা পুক্লিংসি খর লুম্বনি। মতম খরদং লাপ্নবা তারেদো !! পূ-পাং শুনা রারক রায়েল তৌদুনা নাওকোল্লক্ত্রবা নচা মঙাসে, মখোয়না লানথিবা কন্না নহাক্তি বৈষ্ণবনি দোশ লৌবিগন্নুকো !!

বিদুর—ইমা শক্রবী ইতৈমা !! থোইদোক্ক মুংশা থিবিগনু ! হরিগী নাম কাওবিন্নু শোয়দনা মঙ্গল ওইগনি। ( যুধিষ্ঠীরদা ওনশিন্দুনা ) যুধিষ্ঠির ! নযোনি অন্তক যেই শিত্তলের রিপু। তাহে সাবধান হয়া রাখিব সব রপু। মাগী (পোক্কফমগী যম ; অয়িংবগীসু য়েক্লবা ; মফমদুদা নখোয়গী নশাদো ঙাকউ। নঙদি প্রাজ্ঞা পণ্ডিতনি। মুন্না রাখন তৌ ; তপখৌ। (কুন্তিদা ওনশিন্দুনা) ইমা শকপি ইতৈমা ননাই লৈজহৌন্নগে ( খুরুম্মী কপ্পী )

কুন্তি—( বিত্নুরবু হৌগৎপিত্নুনা, মিক্তা পি ভানা ) হৌগংলু বিত্নুর ; অমুক রাবা অমুক হুংঙাইবা ইশ্বরগী ল্লিলানি। মত্রম খরদং চংলুথিগে। কৃষ্ণগী কৃপাদগী থুনমক পুল্লবা ওইসনু। মকমসিদা রারি পংকুই কুইনা শানরগসু কওবা দুর্যধনগী মী ভরগা নঙগী অমাঙবা ওইহৌগনি। হল্লো! হল্লো!! ( মচাশিংদা ঙনশিন্দুনা ) অহুদি ঈচাশা চৎপ হৌরসি! ( ময়াম তপ্ন তপ্ন, কপ্ন কপ্ন চংখি। বিত্নুর মিত্তগী পি তপ তপ তানা য়েংতুনা লৈহৌই )

বিত্নুর—হরি মাগী নোংদমথোল! করি থোক্লগবা!। হে হরি জনার্দ্দন ননাইশিংবু কৃপা তৌবিত্নুনা অশোয় অঙাম থোকহন-বিনুকো!! ( তপ্ন তপ্ন হনখি )

(প্রজাশিং খর থোরকই, ময়ুমগী মাল চাং খর খর লোইনৈ)

১ বা মী—ভাইয়া মিত্রসা পঞ্চ পাণ্ডব মচিন মনাও মঙানা লৈব মফমত্নুবু কয়া য়াম্না রাংলিবগে? ভাইহাক্তংবু পোথাখিসি অসিরাইদ।

২ বা মী—ঐথোয় ব্রহ্ম সভা পুম্বা লোইনা মপোৎ য়োমত্নুনা লাকহৌরে। হস্তিনাসিদি মতু শোনবা মীদি লৈহৈদ্রেনা। কায়দে বৈষ্ণব মভা লৈবা মফম তাম্না রায়বসু রানা চংলসি য়ৌনবা। হন্দক ভীষ্ম, দ্রয়া পঙশিয়ত্নুনা খামদনা তুমিয়া লৈথোকপসি অধর্ম্মদা থোঙ থাংজিনবনি।

৩ বা মী—নত্তে! যুধিষ্টীর হায়বা নিপানসি ধর্ম্ম কায়দবা মীনি ঐথোয় প্রজাবু লাইওয়া খনবিবা! হুংঙাইনবা হোৎনরিবা, মশাগী ওইজবা থাদোকপা।

২ বা মী—বৈষ্ণব সঙ্গ থাদোক্তুনা পাপিগা তিন্নরবদি পাপকী ভুগ চারনি। বৈষ্ণবনা চৎপা মফমদা চংকদবনি। ( কোয়য়েং য়েংলগা ) ইহে ! ইকাওবু কাওই ! মাইমুবু লৈহৌরবরা ?

মাইমু— ননাই লাকচরি।

২ বা মী—ইহে ! নংদি পোৎচৈ ইপু পুরক্তুবদি করি তৌরক্লে ? ( য়াম্না ফিংনা ) শুমাং পুরক্লবরা ? পুখ্রিদু পোরক্তুবদি করি তৌরবা ওসি নও ... ... ... ! লাইশওগী লাইশিংদু মচা মচা থর থন্দুনা পুরকউ, অচৌবদি লমশাং পুবা ওয়্রোই হায়বদুনা করি তৌরবা ?

মাইমু—করিনোদ ঐখোয় আজ্ঞাগী মফিং অসিদি মিহুল থাহুল পুন্নমক ইচিং চিংখংখ্রে। মুমিং চুপ্পগী তাহা ! তাহা !

২ বা মী —ইয়া ! মানহুম ঐবু রারক্লিনে। ননাহু তাদ্রা য়ুম হোংলিবনি খওদ্রা ?

মাইমু—আজ্ঞাবু লাই ওক্লরক্লবরা করিনো অমা তৌরে। সুমাং পুরকউবু হায়বও, পুখ্রি পোশল্লুন্ হায়বও। (ময়ামদ ওনশিন্দুনা ) ময়ামবু মাইবগাক য়াওবিরবদি অমুক্তা লাকথবিয়ুবা ! ঐদি মওদু মওাইরে, ইপাই হৌরে। ( ময়ামদু ওক্লা য়েংনৈ, তানৈ )

২ বা মী—ইয়া ! ইকায়দবী ! থিক্ত হায়বদা খওদবী মসিবু শিংওু হায়দুনা ফনা য়াম্না তুমিন্নমুক, ফোংনমুক কয়া কয়া তাকই, রারকই মখওদেনে। পুখ্রি পুজেম্মু হায়বদি—ঈশ্বীং পুজেম্মু হায়বনি: সুমাং য়াওরকউ হায়বনা—মুর্ত্তিকা, চন্দন লাইপোৎ য়াওরকউ হায়মনি। য়ুম য়োমশিল্লু হায়বদি কৈজুপ

মাইথা য়োমশিল্লু হায়বনি। ঙসি নঙ মতোয়নরা! ঐনা কয়া কয়া তাক্কু!?

মাইনু—হরে নুংঙাইরেদা। পোক হৌরবা আজ্ঞানা; ঐবু লৈশাবীদৌনা পাখোঙগাক চনশিনবিরক্লিবোইরে। ময়াম মমাঙসিদা আজ্ঞা চোম্পিংব্রাও ঐসু আজ্ঞানা খঙদবা পাখোঙ অমা চল্লরাও।

২ বা মী—ইহে!! মাইনু অতৈ পুন্নাই লাইরি; অঙাংদি?

মাইনু—ঐনা অজ্ঞা ফিংমল্লি ফিংমল্লি হায়জরাও, লাঙমন্দুনা অঙাং কাওরম্লেদো!

২ বা মী—নমায় থকমল্লিকো নঙ! নপাম য়ৌনি। য়ুমকম য়োম্বোক্তুনা নংঙোন্দগী হেনবমা হেক্তা ... ... ... ... ...।

মাইনু—হরে! হরে!! থিন্দ থিল্লু সতা! আজ্ঞাগুম্বদি পৈশা ৪গী তরা তরা তৌই। আজ্ঞাদ য়ুম পান্দৌ শরুক্তি চিত্রবোৎ লাৎপনা হেন্নকৈ। ঈশ্বর পুজানিত হায়তুনা লৈ, নোংমত্তসু ইমান্নবীগা মান্নতনা অরু অহেন শেঙ্তুনা কুম্মৈ কিয়োং অমত্তা য়েংজবা ফংদবা! হে!! থিন্দ থিল্লু হেক্তা ... ... ... ...।

৪ বা মী—থৌরানি আজ্ঞাগীসি শাওতুনা পঙহায় হায়বনি। আজ্ঞানা থৌরানি অমা খিত্রিবফাওবদি লৈবিথো। থৌরানি লৈত্রবদি ঐখোয় পুম্বা অচঙ অথোক য়াম্ন নুংঙাইতবা তারে। (ব্রাহ্মন্দা ওনশিন্দুনা) করি হায়বগে আজ্ঞা?

২ বা মী—অ!! অত্থবুদি ... ... ... ... মা লৈত্রবদি ঐদি শমপোৎ পায়গদৌরিবনে। ঐনা শাওরে হায়তুনা মান খজিক্তফাওবা ইংথদবা হায়নিমা। (কমথবা)

মাইতু— আজ্ঞা ৱারৌবিবা য়াদে, য়ুম পানবা ঙম্নবা থর অতুক ঙাংনবা হায়বতুনি। ময়াম্ন কয়া নোক্লরবনোশে !

২ বা মী—( মখৌ পোংলপ তৌতুনা ) মমা উগে হায়তুনা তৌরিবনি ! ইমুং মতুংগী থন্নজববু ··· ··· ··· ···। ( ময়ামতু ইঙক ঙক্ল য়েংনৈ, অমগা অমগা। ব্রহ্মন ব্রহ্মনিতুদ মুক য়েংই। মখোয়নিদি থৌশাদে মপোং য়োমশল্লি )।

## ৩ শুবা

( বারনাবতিগী য়ুম ; ময়ামগী পোথাশংমচা অমনি। য়ুমতুগী মতুংদা কুন্তিগা মচিন মনাও মরি নৈ। মপান্দ য়ুধিষ্ঠীর ৱাখল তৌতুনা তপ্প তপ্প হন্দং হন্দা চংলি )

য়ুধি—থুরাই বুংঙো বিতুরনা হায়বিরকপা, তাকপিরকপা ৱাতুবু, করিনো ? প্রাজ্ঞা পণ্ডিত হায়বদি, লোন শুনা খঙবা মীবু নত্রগা পাঞ্জি নৈবা মীবু প্রাজ্ঞ পণ্ডিত কৌই। মাগী পোক্লফমগী যম, হায়বদি শীং অকংবা অনি ঙক্লবদগী মৈ থোকই, মৈ পোক্লকই, মৈতুনা শীংতুবু চাকথেকই। নখোয় মঙামক ঙাকউ ; অসিনি। থুরাইবুংঙোনা তাকপিরিবসিনদি, ঐখোয়বু মৈ থাতুনা হাংকদৌরি অসিনি। ও !! ওস্থোক্ল থমোই কনথ্রেদা ইপন্থৌ ! ধৃতরাষ্ট্র মহারাজ ! ( য়ুম মচাতুদা মায় ওনশিন্দুনা ) সহদেব, ভীম, অর্জুন, নোকুল থোরকউ ইৱান্বা ৱা হায়গে। ( ময়াম থোরকই )

সহদেবা—য়ুম অসিদা চংবদা অমাঙ অতা থোক্লোইদবা হুমিৎ অমত্তা মুন্না য়েংঙু।

সহদেব—য়াম্বুং! ননাও য়েংজরে, মখোয়না শারিবা কোম্নুংশি ঙসিদগী নিপাম্নি শুবা, রোহিনী নক্ষত্রনা পানব হুনিৎ-শিদা সঙ্গাবা য়াগনি।

যুধি—ভীম! নঙ চংঙু, মখোয়না শারিবা য়ুমশি করি কম্নি অকায়বা খুদম লৈবগে, অকোয়বদ লৈরিবা থাঙ্গুপাৎসিগী মগুংদা করি করম্বা জন্ত্র লৈবা চেকশিন্না অতুক য়েংউ।

ভীম—য়াম্বুং, ননাও য়েংজগে। (থোকখিবা), পূরোচন মন্ত্রি চঙলকপা, মতুংইনবা থুংলাই পায়বা খরশু য়াওই)

পুরোন—ধর্ম্মরাজ কোম্নুংদা লেঙশিনবিসি। ময়াম য়োরক্লে হায়ব তাত্তনা ওকপা থোকচরকপনি।

যুধি—হুংঙাইরে বরমন্ত্রি লৈরম্বা অকি অথঙ পুম্বা কোক্লনি।

পুরো—আজ্ঞা! করিমত্তা চিংনবিরুহু। ধর্ম্মরাজগী রক্ষা তৌনবা ননাইনা লাম্মী তেঙ্গোল খরগা লোইননা লৈজরম্বনি। কুম্মৈ ফিয়োং খরদং তৌজগে। হুংঙাইনা লৈবিগদবনি।

যুধি—য়াম্ন ফরে মন্ত্রি। নঙনা তৌনিঙবা কুম্মৈ তৌবা য়াগনি। ঙাইহাক্রুং পোথাখিগে চঙ লম্মো।

পুরো—অজ্ঞাবু (খুরুম্নম্নগা চঙখিবা, ভীম থোরকপা)

ভীম—দাদ মহারাজ! লৈহৈবা য়ুম নত্তে, অকবা মফম নত্তে। ননাওনা গদানা তক্লগা মনম নম্ববু ঘী থাও মনম্না হায়, থাঙ্গাপাত্তা গদানা হায়তুনা য়েংববু মহুংবা থাং, তা, লাংশোয়না থম্না য়ুংহুনা লৈথ্রে: য়াম্ন থুনা লেংলসি য়াম্বুং।

যুধি--তপথৌ! প্রানভাই! সুংশা থিথিসু ইয়াম্বা রা হায়গে। যুমশিগী মসুংদা ঐথোয় পুম্না লেকপা য়াদে। ঐথোয় মরি অমনা ইমা শংলবসু অমদি মৃগায়া চৎকদবনি। বন্দ লেক্কদবনি। সুমিৎ খুদিংগী পালি নায়না চত্তুনা, লম্বী থোং, কাওদোক কাওজিন, তাইনবা লমগী লম্মিৎ তুমিৎ, চৎনবী লোনচৎ মুম্না থডদোক্কদবনি। নখোয় অমনা তম্নবা পাওতু চুম্বি চুমদে বায়বা খর হেম্না অরেপ্পা ওইনা খঙনবা অমমুকসু থাগনি; অহন্না তৌবদা অনিগী পাওথুম মাম্নরবা কান্দ মায়কৈ হোংনমুক চৎক-দবনি। লাইরিক ইক্তনা পুরক্কদবনি।

ভীম—লাকচমল্লিদা য়াম্মুং; দাদান কুম্মৈ য়েংবিয়ু। ননাও ঐখোয় চাম্মগা লাল থেংনজগে, মীথা পোম্ন হীংবসি ... ... ... (সুংশা মপী হোল্লি, হকচাং মুক্তুনা শাওনা লেপ্পী)। তাঞ্জা অসিদা মপান্দা হরাও কুম্মৈগী পূংশেল যন্ত্র খোঙগৎলকই)।

মী অমা—(মপান্দ লাওবা) চাও থকউ, হরাও সুংঙাইয়ু। ঙসিদগী হৌনা দুর্য্যধন্না হস্তিনাগী নিংথৌ ওইরে। মপাবুং মহারাজ ধৃতরাষ্ট্রনা মচা ইবুংঙো দুর্য্যধন্দা রাজ পদবি শিন্নরে। হস্তিনাগী সুঙাই য়াইফবা পাও পুরক্তুনা ঐনা মকমসিদা তাহল্লি। শাগৎলু জগোই, খোংগৎলু যন্ত্র হৌন হৌন। থুম্মু ময়াম "মহারাজ দুর্য্যধনগী জয়" হায়না (য়াম্ন কন্না) জয়! জয়! মহারাজ দুর্য্যধনগী ... ... ... ... ... !

ময়াম—জয়!!

মী অমা—জয়! জয়! মহারাজ দুর্য্যধনগী

ময়াম :—জয়!! (কুপ্তি খোরকই)

কুন্তি··ইচাশা! য়েরুবনা লাল হৌরুষরা করি খোঞ্জেলনো ( ভকই, কোয়না য়েংই )

যুধি—তপথবিয়ু জননী, পুক্নিং থুকৎপিগনু !! ( ভীম গদা চীংতুনা লওরকপা মায়কৈদা শাওনা য়েংই। লোইনম্মক থুংলাইশীংই।)

মী অমা—জয়! জয়! নিংথৌরেল মহারাজ দুর্য্যধনগী

ময়াম—জয়!!! ( ময়াম লাঙনৈ )

যুধি—চেকশিল্লু ইনাওশা!! নবুক্নিং তপথৌ ফিজৎকনু। ময়ামসে ঐখোয়গী ইথক্তা লাল হৌরকপা য়াম্ন ( মথা চিক্তুনা )

যুধি—তপথখো ইনাওশা!! ( থামজিল্লি )

ইশ!!! ইপম্বৌ ধৃতরাষ্ট্র মহারাজ! নয়ন্দ মম্বা নত্তে থম্মোই য়াওনা মশ্মিদা ( মথকলোমদা য়েঙথত্তুনা ) হে ঈশ্বর!! নহাক্কী লিল্লা

নোকুল—য়াম্মুং! পোথাবিয়ু!! য়াথংতবু ফংলবদি অমমম চোংশিন্দুনা লাঙলিবা কাঙবুসে তাশোনশিনা লেংতুনা মথ্বাই লোগে।

সহদেব—দাদ মহারাজ!! ননাওনা নহানমথৈ থাং তেন তমজরুবদি অসিগুম্ব মরমচৎ চুমদবশিংশি য়াম্নেক্কে তম্মুবনি।

( প্রজা খর চংঙকই )

প্রজা—জয়! ধর্ম্মরাজ, যুধিষ্ঠিরগী

ময়াম—জয়!!! ( যুধিষ্ঠিরবু থুরুম্মি )

প্রজা অমা—ধর্ম্ম রাজ!! থম্মোই পিকথবিগনু! ননাই

ঐখোয় প্রজা চঙজগে। অচুম্বগীদমক্তা ননাই ঐখোয় থরাই থাজগে।

ভীম—(খুরুম্বা) য়াম্বুং সনা য়াথং ............। হুজিকমক হস্তিনা তান্না চত্তুনা রাজ সিংহাসন মুন্নুগে। গদাশিনা অমম ওইনা য়ৈথায়রুগে।

যুধি—তপথখো! পজাশিং অমুক্তা পুন্নিং তপথবিখো!! মখোয়গীসি হুজিকমক ঐখোয়দা লান্দারকপদি নত্রি। ভাইখো প্রানভাই! শাওরগা কনবা পাজন্দি য়ুমমৈ চাকপগুম্বনি। য়ুমমৈ চাক্লিবৈদা কোবোৎ তরা চনবা কোত্তু কিশি শেত্তনা চিংথোকই। মচু কুইবা য়াদবনি। ভাইহাক্কী পাজন্নি। মতিক চাবা তেঙ্গন নৈত্রি। য়েক্লবনা খুৎকল্লিবৈদা শাওরুরবদি শোয়দনা পুন্সি তেনগনি। মতম তাঙ্গা মতুং ইন্না য়েক্লবগী মমাঙদা পঙশিন্নগনি, শাওশিন্নরোয়। ধর্ম নৈবা হায়রবু মতম তাঙ্গা চানা অথাঙ কনবগা লোইননা অচুম্বা ইথৌ পাঙথোকপবুনি। মতম চাবা কান্দা ইয়াম্বনা নথোয় কনামত্তা থাম্লোই। পুন্নমক শিগদব ঙাকনি; কয়া কুইনবু হিঙ্গদগে। হরিগী নাম শোনশি। শ্রীকৃষ্ণ মাতনা লেঙদবা মরুপ্নি।

ভীম—য়াম্বুংনা তাকপিরিবহু চুম্মি। অহুদা—শামু অতেৎসি মউৎনা কাটি থাই। নিংথৌনা তেরবদি মনাইশিংনা তুহৎকল্লি। য়াদমাল্লে হায়রমা খঙহন্দ্রবদি কাটি থাখিগজ্রা হায়জবনি। (খর চথোক্তুনা) দুর্য্যধন!! নহাকী খুজিন থৌরাং ঙাক্তি (গদাহু নৈরগা নৈপাক্তা কয়া থাই)

## ৪ শুবা

(হস্তিনাগী হুরানবা অফাওবা খনক মাগী সেবকশিং খর —অহিং অথেংবা মতম )

খনক—হরে ! হরে ! শ্রীগুরুদেব মুৎশিন্নকইদ; শ্রীগুরুদেবগী কৃপাদগী ননাইনা ওসিফাওবসিদা হুরানবদা মুম্বা লৈতনা ফাওবা ওমজরে। ওসিফাওবদা কনাগুম্বনা ঐবু হুরানবগীদমক্তা ফাবা ওমত্রি. ঐনা হূনিংবা পোৎখুদিংমক হূরানবা ওবদবা য়াওত্রি। চুম্নিনে; অহল লম্মনশিংনা সিদ্ধরূপ হায়বত্থ ঐখোয় শিমক সিদ্ধরূপ ফংলবনিদো। ইচাসা মখোয় কনা কনা লৈ ?

সেবক অমা :—ওঝাবু ননাই ঐখোয় লৈজে ( খুরুম্নি )

খনক—কম্না হোৎনৌ ইচাশা, ইপাদি অহল ওইরক্লে। ঐগী বিশ্বাসে কন্নানা ফংহৌনি। নখোয়না ফংজহোগদবনি। শোনগদবা নাম, মিৎয়েং নায়েং, খোথাং, ফিছুপ তারুত্রবস্থ মুন্ন মুন্ন য়েংশিল্লু, মুম্না খঙজিল্লু। হোৎনরগদি মীরক ভিনবা ওম্নবা মিংচৎ ফংনবা অহিং তুমদনা হোৎনগদবনি। ইপাখোয়দি নখোয়দোনা তৌরকপা মতমদদি, নোংমা হুরালহৌদবদা লাইহৌ তৌরম্লিবনি।

১ বা সেবক—ওঝাবু নাম মশোনশিবু করম্না শোনগদগে ? ওঝাগী কৃপাদগী খরদ ওইরবস্থ খঙজহোগে।

খনক—মুংঙাইদা অথুপ্প রাবু হংঙিদা, অহুম্ন নথাই য়াও হায়রিবনি। মীঙোন্দা হায়দোকপদি য়াদে মুক্তি ফজদবা রানি

অসুম্না শোল্লু—"হে! ইবুংঙো জগতকী ঈশ্বর! ননাইনা হুরানজ রিবসে সেবাগীদমক্তনি। ননাইনা হুনিংলিবা পোৎশিংশে, হায়রগা—পোৎ মমিংহু হায়গদবনি খঙলবরা?

১ বা সেবক – ওঝাবু ... ... ... ... ।

খনক—"হুরানবা ঙমহনবিয়ু! নিত্রা লাইরেম্বীনা মমিত্তা নেৎহলবিয়ু। মখোয়গী পোৎ অসে ননাইনা হুনিঙহ্নুনা হুবা নৎচদে, মখোয়গী পোৎ অসে মাঙলো, মাগী ওইরগু হায়বা তম্নহনা ননাইনা হুরে৷ হায়না তমগ্রবনি।" অসুম্না শোনগদবনি।

সেবক—ওঝাবু চরন্না কৃপা তৌবিহুনা সুপ মন্ত্র পীবিয়ু ঙসিদি। ঙসিদি চরন্দা কৃরিগুম্বা অমত্তং হংজনিঙই।

খনক—কেথরমু ইবুংঙোখোয়! হায়নিঙবা রাহু কোক কোক হেক হাইয়ু। মতম য়াম্ন থেংপ্রে, ঐগী পুংকম শোয়খিনি। মোরোক মেৎপদা জাৎ তাবা, ঙারুবাক হুবদা জাৎ তাবা নখোয়না ইহুৎ শিলহৌগনি হায়বসি মঙগুম্বা রানিকো! ইচাসা নথ্রাই য়াও! খর তোয়না হুরগা জান খরদি মত্তারকনি। মীরৎ নারৎ হৈয়ু। য়েন্দেম, কোবি খিনু, নখোয় বিত্তা তমখৎ-লক্লিবশিংদি নোংম নোংমগী পোৎ অমা হুবা শোয়হৌবা য়াদে। ঐনা মিৎ উইশিনখিবা হুমিত্তা নশা মাঙজহৌনি।

২ বা সেবক—ওঝাবু ননাই ঐখোয় ঙসি হুমিৎ নিনি তুরক্লে চরা হেন্নকপা। অঙাং হুবি শিব তাম্রে। চরম্না কৃপা তৌবিয়ু।

খনকা—বুহু ঙক্কানিনে! হান্না মাংজোনবা হায়বদি করি তৌই। নিপা ত্তরানা অহিং তুমদনা হুববু ঈরোই অমকাও চিংজবা ঙমদে, নখোয়নবুদি চরা হেন্দবদি। ঐদি খঙদবনিনা

নখোয়দা থাইনবদি য়াওনা হূকৌদ্রে। চৎলু থিরু ইনাক থুনবা কনা লৈবগে ? ইপা হূবিগে ঐদি লৌবিরোয়। নখোয় য়েম্নজৌ। নপঙ পঙবদগী হুপি অঙাং কয়া য়াররিগবা।

৩ বা সেবক—হূকমদি লৈরে ওঝাবু

থনক—কনাগীনিনা ?

সেবক—অতৈ কনাসু নত্তে, বীকর্ণগী শেলশংদগী হেক্তা···। মাগী শেল পানবা অহল অমা লৈরিয়ে। ঐনা মুথথ্রিবসি মঙোন্দা মাল বন্ধোপ থম্লু্দগীনি। মিৎকুপ অমত্তং শোয়বদা, মাল হেক্তা লৌগ্রে, শেন্দোয়না চাওনা লৌরিবা হুতিগী শেন্দোয় লৌই। মাগী শেলশঙশিবু থুমগায়দুনা হূরবদি পুন্সিসি য়াম্ভনা হিংবা য়ারগনি খল্লি ওঝাবু।

৪ বা সেবক—ওঝাবু মাগী শেলশঙসি মালদি য়াম্না লৈ হায়ববু ছন্ত্রিদি কনগ্রেদা, থুংশু থুংলাই শুনা পায়বা ভাক্তা অহিং তুমদে।

থনক—ছন্ত্রিবু কিরবদি করিগী হূরুনি। য়ুমদ তুমদুনা লৈগনি। চৎলো ইপা মকমসিদ অশুম লৈহৌগে, ছন্ত্রি তুম্ম। তুমদব্রা য়েঙলুচো। নখোয় অমত্ত মচৎলু।

৪ বা সেবক—ওঝাবু ননাই ঐহাক য়েংজরুগে ( চৎখি )

থনক—নখোয়দি সনা লুপা হোয়বা করি করি য়াওরক্রে ?

১ বা সেবক—ননায় ঐখোয়দি শুম তৌগনি খঙদবনা হকচাং ভাক্তা লাকচরে।

খনক—নখোয়না মী ওইদোবসিদি খৱ য়ায়গদবা জাংনি। য়ুমদগী থাত্ত তৌয়ব্লবদি থৌরাং লোইহনা লাকদবনি। অদুননিনে নখোয়না হজিককাওবা মী ওইবা য়াদহনা লৈরিবা।

২ বা সেবক—ওঝাবু হস্তিনাসিদি ময়াল লৈজদবা ভুশোনবা মীদি লৈবু লৈহৈজ্রবা জাংনি। হন্দক দুর্য্যধন মপা মচানা তৌরিবা থৌদোকসিবু ওঝাবু য়াবিনিঙবরা ?

খনক—মতুগী য়ারি লৌগে তাও! নখোয়দি অঙাংনিনা খঙলমদবা য়ায় -ধৃতরাষ্ট্রনা মমি·ত ওইন নিংথৌ ওইহনা পাণ্ডুনা অওইবী নিংথৌ ওইনা হস্তিনাসে ভাক্লম্বনি। অতুগী খল্লুরবদি পাণ্ডুনা শিবগা য়ুধিষ্ঠিরনা নিংথৌ ওইফম থোকপনি। অতুবু ওইদ্রে ; ওইত্রবসু মচিন মনাও মঙাসে মপন্থৌ ধৃতরাষ্ট্রবু লাইগুম্না পুজা তৌজবনি থোইদোক্ল কায়দবনি অতুবু হন্দক হস্তিনাদগী তাম্থোকখিবসিদা প্রজা মতুশোনব মখৈদি—মখোয়গী সহায় লৈত্রে হায়হনা দুর্য্যধনবু খক খক নিক্লা কিরবনি। দুর্য্যধনসে অশোন অনা খঙদে, লৈত লাইর য়েংদে, অচুম্বা বিচার তৌদে মাগী কুশি তৌই। পাণ্ডব মঙা চংখিবদগী প্রজাশিংসে অয়াম্বনা মপি মপা লৈত্রবগুম নুংঙুক নুংজানরবনি, ভুশোন মানশোম্নরবনি। মতুগী খল্লুরবদি, দুর্য্যধনগী পুকৈ লনগৈ তুম্ন; হুগদবনি নৈগদবনি, ওংকদবনি। পাণ্ডব লৈরিঙৈদদি ইংনা চিক্লা লৈরম্মী। মখোয় হেক লৈত্রবদা অসিগুম্বা অত্যাচার অমাঙ অতা থোক্লরে হায়বা খঙহনগদবনি। অরাবা শীগদবনি।

৪ বা সেবক—( চঙলকপা ) ওঝাবু হস্ত্রি অমফাও তুমদে কাদু কারণ চঙনা লৈ ; ওহোক্ল মথৌ লৈখিত্রেদা !

খনক—ইপা তৌরগে ইতুং ইল্লকউ। লুপাস্থ কোকথোং তরাদং হোল্লকউ। কিরুম্মু ঐ য়াওরি। "জয় গুরুদেব! নিদ্রাদেবী ইমাবেম্মা ওঁ হুঁ ফৎ স্বহা" য়েঙ্গু করম তৌরি?

১ বা সেবক—( চঙখি )

খনক—তুমিন লৈয়ু। শক্তি লোয়নমক মমিৎ পাঙন পাঙন; জ্ঞান তান তান শুম্লবনি, ঐখোয়না ঙম্লবনি। চঙনবা থোরাং তৌ। স্বর য়েঙউ।

১ বা সেবক—( থোরকপা ) ওঝাবু লোইনা তুমহৌরে।

খনক—ময়াম চঙলসি, নখুনিং কাঙঙু স্বর য়াঙদা হোল্লু! ( ঐ নতুঙদা লেপকে কিগনু! ময়াম তুমিন তুমিন চঙনখি

বিতুর থোরকই )

বিতুর—হে! কৃষ্ণ ইবুংঙো! নহাক্কী লিলাসি অঙকপনি। অরাবদা অরাবা হাপ্পা! চরস্তুবু কাওজদবা পাণ্ডব মঙাদা অশুক অরাবা, অয়েৎপা পীনবিবা। করম্বা খুজিন থোরাংনা করম্বা লৌশিংনা মঙাবু কনগদগে? লাকদৌরিবা শিবরাত্রি তুমিৎসিদা য়ুম মৈ থাহনা মঙাবু হাৎকদৌরি। মথোয়দি করিস্থ খঙলম্লোই। হে হরি! নহাক্কী থৌজান ... ... ... ...! নহাক্কী থৌজান ... ... ... ...! ( কপ্পা )

( মসুংদ ঙাংনবা )

খনক—হায়! হায়! নোং ঙাল্লকপনা হানগনি প্রপ প্রপ চৎলু।

বিতুর—হায়! কনা কনানো? ( য়ুম য়েংই ) মথোয়শিং মতা অমনি ঐ অম্বাইদা লুমহনা য়েঙগে। ( চঙখি )

খনক—( সেবকশিংগা লোইননা, পোৎ কোকথোং কোকথোং পুদুনা থোরকই ) চৎলু! চৎলু! কিনু!

সেবক—ওঝাগী শরুক থমজরমগে।

খনক—ঐগী দাম্নি, ইপা লৌবিরোয়, য়েম্নজৌ।

সেবক—অদুদি ননাই ঐখোয় চৎচরগে!

খনক – চৎলো! চৎলো ইচাশা, খর খরদি মহৈ চারক্কদৌরে। মতু চারিবৈদা ফৌনৌ লাক্লনি। ( ময়াম চৎথি, খনকস্ু হনখিগে তোই )

বিদুর—ইবুংঙো! লেপখো! ঐ নহক্ু উননিঙহুনা ডামরাক-ম্লিবনি :

খনক—ও! মরুপ কনানো? করি ঐঙোন্দগী পাম্বা লৈবগে?

বিদুর – ঐ বিদুরনি। করিগুম্বা রারী খর শাননিঙহুন। ...।

খনক - (মুন্না লাপ্লপ য়েংই) ও! মনাও ইবুংঙো, থুক্লমজরি। করিনো তাকাপশি। ননাই ঐখোয়গী কাংবুদা মিং চনবিগে হায়বরা?

বিদুর—অদুগী নত্তে! অচেৎপা রা অমা তাম্নসি, ফোংবদি যাদবা। কোন্নুংগী মীনা খঙলক্লবদি নঙস্ু ঐস্ু থরাই মাঙগনি। লৈবাকসিদা লৈবা য়ারোই।

খনক—বৈষ্ণব! ননাইগী অফবনি

বিদু—মরমদি সিনি ইবুংঙো, পঞ্চ পাণ্ডবসি চাম্মনা হাংকে থোকনরি। বারণাবতীপুরদা চাগী যুম শাহুনা মঙাবু লৈহল্লে। অকোয়বদা চেনবা ঙমদনবা থাঙপাৎ, মন্নুংদনা লম্বু লাংশোয়না থলহল্লি, অদুগা শিবরাত্রি নুমিৎশিদা মৈ থাহুনা পঞ্চ পাণ্ডব মঙা

অমদি ইনেমতোন কুন্থি পুন্না হাৎকদৌরি। নহাক্ উপায় অমা তৌবা ঙম্লবদি ঐনা পীব ঙম্বা মনাহ্ মতিক চানা পীগে। নঙনা পোৎ হুবসিবু করম করম্বা উপায়না হূবগে?

খনক—তাকপিরিবা সনা য়াথংহ্না ননাইদি পুমপেন পেঞ্জরে, অহেনবা মনা অমমুক পামজদরে। ইবুংঙো মঙা অমদি বৈষ্ণবগী মতেং পাংজবদি ননাইগী লাইবক ফবনি। ননাইনা পোৎ হূবসি মীন ফাব ঙমদে—ঐগী ইমু'দগী চঙ্গদৌরিবা য়ুমহুগী ময়ায়দা লৈখুল তৌহুনা হেক্তা ফাওবা ঙাংনি। মিৎনা কুপ্পদা লৈখুন্দু তৌই অহুগা ঐনা পোৎ পুহুনা থোরক্লগা লৈখুন্দু মথস্তা মমি লৈতনা মেলশিনঙ্হৌবা ঙাংনি। মন্ত্রগী শক্তিন ওইবা ঙাক্তনি, লৈখুল মহুংহু মম্ব' ঙাংকাক নত্তে অহুম অয়ুক হুংথিলগুব ঙাল্লি।

বিহু—অহুদি ঈশীংনা থংপা ঙাগা ওইরবদি ... ... ... ?

খনক—ঈশীং মথাদা ঈশীং লিত্তনা অহুম হেক্তা তৌবা ঙমজে। লৈপাক লৈকুপকাক থোকপা ঙাং নত্তে।

বিহু—অহুদি ইচা মঙাসে নহাক উপায় অমা তৌহুনা মথায় কল্লু। যুধিষ্ঠিরদা—ঐগী মীনি হায়বা খঙনবা—চৎলমদায়দ ম্লেশ ভাষা ঙাংনখি হায়য়ু শিবরাত্রি হুমিত্তা য়ুম মৈ থাগদৌরি হায়বা খঙহল্লু।

খনক—ননাইদদি মহু য়াম্না লাইনা লোকই অহুদা ইবুংঙো মঙাগী মনাক য়োনবা করম্না চঙগদগে? ফল্লবা দুর্য্যধনগী মী কয়াশু লৈরমগনি, ঙাক শেন্দুনা, অরোনবা অফোংবা কয়া। ননাইদি মনম চাওই, লম লম খুদিংদা ঐবু খঙদবা য়াওদে, ইশাদি লায়রহুনা মিফাওবা ঐগীনি হায়বা অঙাং অমনফাও খঙলে।

ঐ হেক উবদা থুনগী মীনা থক থক নিরা কিনৈ; মপোৎ হেক্তা চেকশিন্নৈ। মঙাবু উনবা চঙবদা মীয়ামনা ঐবু শোয়দনা থিঙ্গনি।

বিদুর—মদুগী খুজিন থৌরাংদু ঐ হায়গে। হয়েংসি নোং হেক ঙানবদা মন্নিঙৈদ ঐখোয়দ থুংলোরাও। শগুন থাং অদু লোইনরকউ। অদুগা ঐনা সম্যাসকী কিক্রেৎ পীগনি, লম্বোইবা শাহুনা মঙাগী মনাক য়োৌগদবনি।

থনক—য়াম্না ফরে; ননাই শোইদনা তাক্পীরিবা খুদিংমক্তু পাঙথোক্লবা তৌজরগে।

বিদুর—অদুদি কায়নরসি।

থনক—মনাও ইবুংঙো! খুরুমজরি।

বিদুর—ফরে অদুদি শোয়নবা য়াদে, চেৌনরসি।

৫ শুবা

( বারনাবতীনি; মচিন মনাও মঙাগী য়ুম্নি ) মপান্দ পুরোচন মন্ত্রীগা থনক দাকুগা রা ঙাওনৈ।

থনক—থোংশঙবা দ্বারী লৈব্রা?

পুরো—ননাই লৈজে করি তাকপীগদবা?

থনক— নমিং করি কৌই হস্তিনাগী মীরা? মফমসিগীরা?

পুরো—ঐহাক হস্তিনাগী নিংথৌ, দুর্য্যধন মহারাজগী বরমন্ত্রী পুরোচন হায়বদুনি।

খনক—ও! ঐ অথাপ্পদগী লাকপনি, দুর্য্যধন মহারাজদি য়াম্না মপুক মপাও কৈ, প্রজানা ফুংশিনা শোটৈ হায়না তায়ন, মচিন মনাও মঙাদু মখোয়গী তৌরকপা পাপ্প হস্তিনাদ লৈবা য়াদহুনা বারনাবতীদা লৈ হায়বা তাহুনা ঐ লাকপনি ভিক্ষা নিহুনা মরল ফুম্না লৌখোকে; কর্ম্মগী ফল ফংহনগে। অমুক্তা উনবা য়াগত্রা?

পুরো—অচুম্বনি হুজিকমক্তি দুর্য্যধন মহারাজনা ফুংশিবিত্রনা মচাক মরন খরদি লৈক্লারবনি। লেঙশিনবিবা য়াগনি। পাও অমত্তা ভাকচরক্লগে।

খনক—চৎকো! (পুরোচন খোরকপ)

পুরো—ধর্ম্মরাজ! বৈষ্ণব অমা লেঙ্খ্রি। খাংহৌদ্রবা মরদং ভাংনবা পামজ্জমাল্লে! (ধর্ম্মরাজ থোরকই, য়ুমহুংদগী)

ধর্ম্ম—থাজিনবিরকউ, লৈহলবিদনা! (পুরোচন থোকখি)

পুরো—(মপান্দ) ববাজী লেঙশিনবিবা য়াগনি।

খনক—(চংলকপা থুরুম্বা) ধর্ম্মরাজ! (ধর্ম্মরাজসু খুরুম্মি)

ধর্ম্ম—কন্নিনো ববাজীনা ননাইদ হান্ন খুরুম্বীবা? করি তাকপিগদবা ... ... ... ...? অসন্দা লেঙশিনবিয়ু (খনক ফমফমদা ফম্মি)

খনক—ইবুংঙো মঙামক অমুক্তং উননিংই।

ধর্ম্ম—ইনাওশা ববাজী বৈষ্ণব লেঙ্খ্রি দর্শন তৌরোলাও!

(ময়াম য়ুম মহুংদগী মথং মথং থোরক্লুনা খুরুম্মি)

খনক—অমুক্তা ফমফমদা লেঙশিনবিয়ু। ননাই ঐহাক লম্বোইবা নত্তে। হস্তিনাগী হুরানবা "খনক" হায়বহুনি। (মচিন

মনাওশিং ভন্ন অমগা অমগা য়েংনৈ ভীম ফিভম শেমমী, গদা চীংন্তি ) বিত্তর বৈষ্ণানা থবিরকপনি। বৈষ্ণবকী মীনি হায়বা থঙনবা "নহাল বারনাবতী লেঙলমদাইদা ম্লেছ ভাষা ঙাঙনখি" অসুম হায়জৌ তাকপীরকই। অয়োনবা ব্লানি—( মিৎলম নারম য়েঙলগা ) শিবরাত্রি নুমিত্তা য়ুমসি মৈ থাত্নুনা ইবুংঙো মঙা অমদি ইমাগা কোম্ননা হাংকে, খুজিন তৌরি। মতুঙীদমক্তা ননাইনা অঙম্বা মতেং পাঙবা লাকচবনি। ননাইনা অসুম লাকপদা থাঙ্গপাৎ অসি ফাওনা শুরুং অমা তৌজরকুবনি! পীকপা চাওবা অমুক্তা য়েঙবিয়ু। য়াক্রগা অমুক শেমজরমগে। মসুংদ চৎপদা মুংখিলগুম ঙালগনি; লৈকুপ থোক্ত তৌব নত্তে, ননাইগী মন্ত্র শক্তিনা তৌবনি। শোমগী মচিনসি কদরাইদা থমজরম্মুগে?

যুধি—মুংশিদ খুরাইবুংঙো নচা মঙাবু অমুক হন্ন পোকপীরে! করি করম তৌনা হন্দকী মপোকসিদা লম্মন শিংত্নুনা লোইগনি! "ইবুংঙো" অমুক্তা ইয়াম্বগা অমুক্তা কোম্নসি লাও! খুরাইবুংঙোদ ময়াম্মক খুরুমজরকই তম্বীয়ু। ( কোম্নবা ) ফরে! অত্নুদি য়ুমশিগী াত্রা ময়াইসিদা সোমগী চঙফম মচিন্দু থম্লো। য়াইমা! নহাক্তা তাকউ।

ভীম—সোমদ লেঙসিনবিশি ( অনি চঙখি )

অর্জ্জুন—দাদ মহারাজ! ননাঙন মফমসিদ চৎকুমশি হায়বত্নু য়াবিরম্লবদি মসি থোক্লমলোইদবনি।

ধর্ম্ম—অর্জ্জুন! অসিগুম্নবা পাপকি লম্বীদ চঙশন্নকপশিংবু লানবিনবা, জীব জগৎকী য়াইফনবা ঈশ্বর মাতবু নিঙজো। াাগৎপদি মতম খর চঙবনি,, খুগাইবদি থুবনি। মথোঙ ফগুনা

মথক হৌবা কুইবা য়ারোই। মিতুংসিনা থল্লবা থম্মোইদগী খোরক্পা অশাওবদি মৈ ওইনা চান্নি জীবগী মঙ্গল ওইগনি। ( ভীমগা খনক্না খোরকই )

ভীম—দাদ মহারাজ য়ারগনি। ননাওনা মুন্ন য়েংজরুরে।

যুধি—( খনক্তা ওনশিন্দুনা ) ইবুংঙো ! নঙগী লমন্দি হয়েং ঐখোয়না হস্তিনা লাক্লগা অঙম্বা লম্মন্দু শিংলগে। হুক্তিক্তি উপায় করিগু লৈতে।

খনক—অত্তুদি মতম্না খুদোং চাদবনিনা ননাইস্নু চঙ্করগে।

ধর্ম—ফুংঙাইরে অত্তুদি—খুরাইবুংঙো বিদুরনা নহাকী পাও অমদি ঐখোয়গী মরম তানিংবনা য়াম্না লাওতক্লনা লৈরম্লগনি। ময়ামগী মঙ্গল অসে নঙনা চিথদনা খুরাইবুংঙোগী ব্রারবা থম্মোইদা অমৃত্তগুম থিকপীরুচো ঐগী হায়নিংঙাই খোইনা লৈজদে। ইবুংঙোগী লম্মল তোল্লবনি।

খনক—করিদগী ননাইদা পঙতাক তাকপীরে ; ফুংশিবিদুনা। ধর্মগী অশির্বাদ ফংবদা ননাইগী পাপ পুম্বা কোক্লনি। ননাইনা খুরুমজরি ( খুরুম্বা )

ধর্ম—শ্রীহরিনা খোজানবিবা ওইসম্নু ( খনক খোকথি. ময়াম তুমিন রাখন ফুম্বংননা ঙাইগাক্তং লৈ ) ইনাওশা করি করম করম তৌসিগে। হায়ব্রিবা তৌগদৌরিবা থবকশিদি শোয়-ররোয়, শোয়দন মৈ থাররগনি ; ঐখোয়না চেকশিনগদবা, কনগ-দবদসি করি করিনো ? ( ময়াম ঙাইহাক্তং তুমিন তুমিন লৈনৈ মত্তমসিদা কুপ্তি খোয়কই।

কুন্তি—ইচাশা নখোয়ন; (মুন্ন মুন্ন য়েংহুনা) য়েংবদা নমিৎ নমাই ইপোম পোম্মি। রাখন কুম্বংননা উবু —ইমাদ শেংনা তম্মু করম্বা খুদোংথীবা ... ... ... ... ?

যুধি—ইমা ইবেম্মা! ইমানা তারগা মুংশা খীগদরা, রাগদরা খন্দুনা তুমিন্ন লৈজবনি; ইমাদ তাকচদবনি। করিসু নত্তে জননী—শিবরাত্রি মুমিংশিদ অহিংদা মৈ থাত্তনা ঐখোয় থ্বাইবু হাংকে হোৎনরি, দুর্যধনগী থৃজিন খোঁরাংনি। কদোমদ চেনশিগে খন্নজরম্লিবনি।

কুন্তি:—ইচাশা! নখোয়শি পঙগ্রেদা; মৈ চাকথিগদবা লৈরবদি অসুক য়াম্বা মাল চাং ম্না, লুপা মাঙহুনা তোক্লনি। ব্রহ্ম ভূজন তৌথোকউ, কিরোলসি দান তৌথোকউ। ভীম, অর্জ্জুন! করি তৌরি? মীয়াম বার্ত্তোন তৌরু, ব্রহ্মন পুজারি নেকউচো।

যুধি—মুংঙাইদা ইমা! ননাই ঐখোয়দি অন্নাবত খন্দুনা ধর্ম্মগী লম্বেল কাউরুরে, ইমাদি অরাবগী লৈথৈ য়োঁরবফাওবদা ধর্ম্মগী নিয়ম কাওবিদে। অসিমক্তা ইমানা রাজ কন্যা ওইবিবত নত্তনা লৈবাক্তী মমা শক্লা নিংথৌগী মহারাণী ওইবিরম্বনি। ইনাওশা জননী ইমাগী য়াথং থুনা পাংথোকউ।

## ৬ শুবা

(যুধিষ্ঠির, ভীম; অর্জ্জুন, কুন্তি অহম রারী শানৈ)

কুন্তি—ইচাশা! সিবরাত্রি মুমিৎ হায়বত্থ ঙসি নত্রা?

যুধি—ইমা ইবেম্মা ঙসিনি।

কুন্তি—ব্রাহ্মন বৈষ্ণবকী পূজাদ অমদি ঙমজবা দান পীবদা—ইচাশা! থোইদোকপা শাথিনা অকায় অতোয় য়াওখিদেকো?

যুধি—জননী! থোইদোকপা অকায় অতোয় য়াওখিদে। অরাকপা মী খুদীংমক থোইদোকপা ... ... ... ...। ব্যাধ মঙা মমা অমগা মপান্দগী হংঙকই )

ব্যাধগী মমা—ননাই ঐখোয়বূ চঙজরকপা য়াগদরা? ( ময়াম ঙক্না য়েংনৈ )

যুধি—কনা ওইরবনো? লেঙশিনবিরকপা য়াগনি। (ময়াম চঙলকহ )

অর্জুন—ভায়া মিত্রশা করি থবক্কীনো?

মমা—অতৈ নংচদে, তুমিং তুম্নি শুরে চরা হেনবা! বন্দা ইচা মঙাগা লোইননা শা তানবা লাকপসু চাবা য়াবা পোং অমত্তা থেংনদ্রে; শাসু ফাদ্রে। করিগুম্বা চাবা য়াবা থরদং লৈরবদি ... ... ... ... ... হায়রূনা অতিথি ওইনা চঙজরকপনি। ঙসিদং পঞ্জরগা চংচখিগে।

যুধি—লৈরবদি অর্জ্জুন শোয়দনা পীজখো।

অর্জ্জুন—য়াম্বু' মী ৫/৬ চানবদি লৈরমখিবা য়ারি। মহাশয় য়াগনি।

যুধি—অদুগা ময়াম্মক ঐনা হায়জগদবা অমা লৈ—ঙসি অহিং চুপ্পা পনবদি অকায়বা লৈ য়াররোই।

মমা—য়ারবদি ঙসি অহিংতদি পঞ্জগে।

যুধি—(থুমদে) অর্জ্জুন ময়াম খৌরাংবা কোক্নবা থরদং ...।

অর্জ্জুন—লেঙশিনবীসি ময়াম। ( অর্জ্জুনগা লোইনবা চঙখি )

যুধি—ভীম !

ভীম · য়াম্বু · !

যুধি—অর্জ্জুন্দা নিংখিনা হায়ম্বু মচাশিংদো "কিরোল লৈবিগে হায়রুনা" মমানা কোয় খানবা। অদুগা কৈখেন্দা খাদোক্লম্লগা লোম্না লাকউ হায়না ; নত্রবদি ঙসিগী যুমদৈ চাকপদা লোইনা শিখিবা তারে।

ভীম—অচোয় ! অদুম্ব তৌজগে। ( চঙখি )

কুন্তি—ইবুংঙো ! নখোয়গী খোরাংশিং চেকশিন্ন য়েংশি-ল্লবরা ? চেকশিল্লু ! নহাক্ক অহল্লিদো !

যুধি—ইমা ! লাংবা য়াবমথৈদি চেকশিন্ন হোংনজরে।

কুন্তি—ঙসিদি মখোয়গী খোঙতাকপশিংশি নহানমথৈগী তুমিংকা মায়দে ; য়াম্ন চেকশিন্ন ঐখোয়বু য়েংই।

যুধি—ইমা ইবেম্ম ঙসিদি মিৎনা খর শিংনা লৈবিয়ু। ঐখোয়দি তুপানি, ইমাদি তুপিনি হোয়েদ হোক হাক হায়রগা অথুবা নংহৌদবা য়াই। অদুগা ঐখোয়না—"ঙসি য়ুমদৈ খাগনি" হায়বসে খঙলে হায়ব মকমসিগী মী অমকাওবা খঙহনবা য়াদে। ইমানা নচা ঐখোয়গী মিৎ নাক্কোং ওইবিগদবনি।

ভীম—(মনুংদগী খোরক্তনা) দাদ মহারাজ ! অর্জ্জুন্দু ময়ামগ লোইনা কৈখেল চৎখ্রে। মানা ঙম্নবা মকম অমদ খাদোক-চয়রগনি।

· য়ুধি—ভাইহাক নৈরগা মমাছুসু "মচাশিং হল্লক্তে থিরুসি"—হায়তুনা পুখোকখো ; থাপ্ন, ( অথাপ্পদা য়েংই, পীতুম তুকই ) হায় !! ভীম ! কনা কনানো আদ লাক্লিবসে ?

ভীম—ভশাইগী ব্যাধশিং অতুনি ।

য়ুধি—অর্জ্জুন্দি ?

ভীম—(চেপথ চেপথ য়েঙলগা ) য়াওয়কপা উদে, য়াম্বুং ! ( ব্যাধ মঙাহু চঙলকই )

ব্যাধ —ঙসিদি বন্দ চৎমনখিহনা রারে ; হুমিংসু তারকদোরে, পোখাজরুরগে ! করিন লম্মন শিঙ্কনি ?

অর্জ্জুন—( চঙঙকই, ইঙক ঙক্ক ব্যাধ ময়ামহুদা য়েংই )

ব্যাধ—ইবুংঙো (অর্জ্জুন্দ ওনশিন্দুনা) অহুম ভোবা হৌনবরা ? লম্নী খঙদে হায়রগা খঙদে হায়নি । ঐখোয়দি নঙ মাঙব্রে হায়হুনা থিব মথৈ থিরুরে । মকমসিদ নৈরব্রা য়েংসি হায়হুনা লম্নী অশম্বদা লাকপনি । ( অর্জ্জুন খুমদে, ইঙক ঙকই )

য়ুধি—অর্জ্জুন ! মখোয় লোইনমক য়ুমগী মপান্দ লেকহন্নু হোরেল মখোয়না অথুবা ওইনা চৎনিংলবসু য়াজনবা । কমদৌনি ! ঈশ্বরগী লিলা হায়বহুনি । ( ব্যাধিনীসু খোররে )

কুন্তি—জুপি ! মমিংন করি কৌই ? নচাশিংগী মমিং হায়মু ?

ব্যাধিনী—ঐগী ইমিংন কুন্তি কৌজে ; ইচা মঙাসিনা ( থিন্দুনা ) শিন অহয়ি, য়ুধিষ্ঠির কৌই, মথংশিনা ভীম কৌই, মথংশিনা অর্জ্জুন কৌই, মথংশিনা নকুল, ইভোন ভোমবসিনা সহদেব কৌই ।

কুন্তি—নপুরোইবদি ?

ব্যাধিনী ইপুরোইবদি লৈখিক্লে, পাণ্ডু কৌই।

কুন্তি—করমন্তৌনা লৈখিদবনো ?

ব্যাধিনী—নোংম মৃগয়া লাকপদা শক্তি অমোম অমা বন্দা তুমহুনা লৈবা থেংনরম্মী। অকোয়বদা লাং থাক্লগা মঙ্গুংদ হুই থৌজিল্লম্মী। থোরককম অহুদ ত্তেনগী সন্ধান তৌহুনা লৈ। মকমহুদা শক্তিনা সর্বগত তৌজখি ঈশ্বরদ। "শ্রীগোবিন্দ! হে ইবুংঙো! মমাঙ-ঙৈদা শামুগা লাইরেলগা থেংনবদ, উপাই লৈরক্তবদ শামুনা থম্বাল অমত্তুং কচ্চবদা লাইরেলবু হাত্তুনা শামুবু কনবিখি। গজেন্দ্রমোক্ষ হায়ন কাওখি হায়; ঙসি তোল্লবা ননাইনা ইথুংত পাজদবনা ননাইগী চিল্ল চিক্কুনা নাপিমকা অসিমত্তুং শ্রীচরণ কচ্চরি! ইথক্ল শিরবদি ফগদবনি ননাইদি হকচাংসু লুল্লবিনি" অসি হায়হুনা ময়ানা নাপি মক অমা থংলগা হরিদা কংখি। থুদক্কু-মক্তদা হরিনা ইন্দ্রদ য়াথং পীহুনা নোং চুগয়ক্কুনা মৈ মুংথংলে, হুংশিংন লাং হুমদোকপ্লে। ব্রজনা হুইহু য়ানথহুনা হাংলে। অহুদগী ইপুরোইবহুনা লিম্ন চিক্কুনা শিখি।

কুন্তি—অহুদি নঙগা ঐগা মিংসু মান্নরে ইত্তা শাম্নরসি, ইচা মঙাগা নচা মঙাগসু মিং মান্নৈ মরূপ শাম্নহল্লগি। নখোয়সু পোথক্করো ঐখোয়ত্ত পোথাক্করগে।

৭ শুবা

(থারমাবতীগী মচিন মনাও মঙা লৈরিবা য়ুমহুগী থাজপাং রাংমনি। অহিং মিচিক মীরাওখোল তাক্রবা মীশক মীশা শেংমা উজ্রবা থেংলবা মত্তম্নি)

ভীম—( মচুংদ ) য়াম্বুং ! মী খুদিংমক তুম্লগ্রে, মখোয়না মীপক থোরকপ মতমদ শোয়দনা নৈ খাররনি। ঐখোয় হায় খাহৌরসি।

যুধি—ইবুংঙো য়াইম তৌহৈদে ( দুংশাথীন খাম্মি )

ভীম দাদ লৌরি, য়ুমকম, দুপী অঙাং, অহুমসিদ কাররবদি হাৎপ বের৷ লৈতে নত্রবদি কিহল্লগনু তোকপা য়ায় ! দাদ চেকশিনবিয়ু ননাও নৈ চুরে!

যুধি—( হৌনা, দুংশাথীন ) ইবুংঙো ইায়মা!

ভী—খাঙলে য়াম্বুং !! ( মৈন অকিবা ফংনা চাকখৎলক্লে ) মৈরিনা ঐখোয়গী য়ুম য়ায়রে !!!

যুধি—ইবুংঙো দাইম !!!

অর্জ্জুন—দয়াইমা !!! ( ময়াম কোইরাং লাঙই, দুংপাথীনা )

ভীম—ইমা! য়াম্বুঙ! পম্বা য়াপ্রে !! গুরুংগী থোঙ হাংবা নংলরোয় ননাও হেক্তা কাওখোকচরগে। ( হৌনা লাওতুনা ) জয়! হরিদেব! ( গুরুংথোঙ কাওখেকপগী অহৌবা মখোল অমা তায়; মৈন অঙকপা কংন চাকখৎলক্লে। মীয়াম অসি অনা, মৈন চাকপগী অরাবা, খাঙঙমদবা থোঙ্গ্লেননা নাকোং নৈশিল্লি। ভীম্না অমুক লাওরকই হৌনা নোকই )—হা! হা! হা! ... ... ... ... কেন্ত্রি মচাগী মথৌনি য়েক্লব মায়োক য়াতুনা থরায় থাব নত্রগা অরানব মীবু দণ্ডিপীবা। অম্না মৈচাক খাওবগী খোজেলহ লাওথৎলু, লাওথৎলু, জয় ধনীওম! মীবু তুম্নিডৈদ হাংকে হোৎনবা! হা! হা! ... ... ... ... ( ভীম্ন—মমাগা ময়াম্বগা মরেংবান্দ তোংহল্লে ; মখুৎ অমনা অর্জ্জুনবু থুজেং পায়রুনা

শোরো শোরো চিংই ; শেগা অনিদনা নোকুল সহদেব চপ্পগা চেম্বোরকই। ভীম মমাগা ময়াম্বগা থাই অতৈম্ব থাদোক্লুনা লেপহল্লি।

যুধি—রায়ম তৌরিবনি করিনো ? ( ময়ামম্বু ঙক্ক মুংশাথীবা মস্ক দা লাওনরিবা মায়কৈদ য়েংই )

ভীম—য়াম্বুত্ত ! থবক্কী মহৈ কংজবনি ( হৌন নোকই ) হা ! হা ! হা ! ... ... ... ... ( ক্রিভম থঙহন হল্লিন্দুনা ) য়াম্বুত্ত !!

যুধি—য়ায়ম করি তৌরবগে ?

ভীম – ননাওগী প্রানগ মান্নরবা কৌমুদি গদা মৈরক্ত কাওরয়ে। গদা অমুক্তা লৌজরুথিগে !

যুধি করি রানো ইবুংঙো প্রলয়গী মৈচুংসিদ ইনাওন কম-দৌন চঙগদগে ?

কুন্তি – ইবুংঙো ! নঙদি পোকপদগী নঙগী ভারিন হকমন্দুনা ইমান থাজংলগা আমৃত্ত ইনব ঙমদহনা নহাকপু হিপংল্লগ ইমান আমৃত্ত ইনবনি। নঙগী রাঙাং, নঙগী নতো তার উরগা ইমাগী অর' অমা কধা কাওহনা লৈরিবনি। ইচান মৈচুঙদ করিগুম্বা ... ... ... করিগুম্বা শোম্বব থাক্রবদি ইমাদি করম হিক্লদগে !! নঙগী গদাহু লৈজহোরসনু।

ভীম—জননী ! শোঙলবা, শাকৈ, হিংচাক্সাইতহন থল্লবা শোঙলবা গুক্রবা বন্দ থা কয়া চৎকনি, চহি কয় লেনগনি মকম থঙদে। গদা রাওব্রবদি অরাব ক্ষাগনি, মিংচৎ থীগন। অহুগী মহম্ব ; মচা থুক্লজরি ; ম্যাইথক লৌজরুগে। ( অর্জুন

ওনশিন্দুনা ) প্রান ভায় ধনঞ্জয় ! ইয়াম্ব লাইবক য়েংলুগে। কেক্সি মচা ওইনা পে ক্লগ মীগা থান ; মিংচৎ থীন লৈবরুদি শিখিবনা হেয় কৈ। করিগুম্বা ইয়াম্বনা শোয়খিব থোক্লবদি ! ইমাগী সেবা লুন, নিঙথীন হোৎনৌ, য়াম্বুগী য়াথং হিক্লোকমু। ইনাওশিং পূম্ব মবুক মুংশিহনগনু।

অর্জুন—দয়াইমা লৈথ্রিদ্রবদি ননাওদি শয়েং নাম্ব ক্তেক্রেদো

ভীম—হরিবু নিঙলম্মু! কৃপা লৈরবদি করিম্ব তৌরোয়। ( মৈরোমদা থর চঙশিল্লগা ) অগ্নিদেব ইবুংঙো! ননাইবু কৃপা তৌবিয়ু। ইবুংঙোদি শাক্তি দেবতানি, মীওইবনা দেব কর্ম্ম অমা তৌবদা, পূজা অমত্তং কৎপদা থাওমৈ থানবদি শাক্তি ওইবিনবা থানবনি। দুর্য্যধন মচিন মনাও চাম্বগী মকমদ ননাই ঐখোয়ন লাল্লবদি ঐগী দেহসি ক্তেরা মকোলগুম চাকথেক- পিয়ু। ননায়ন নিঙজরিবশি থুংজরবদি মমা অমত্তনা পোকপা মচ চাম্ব কচগে। ( মমিৎ ছইশিন্দুনা ) হে দিনবন্ধু! ননায় ঐখোয়গী নশাক নত্তন। কনাম্ব লৈজদে মাধব, যাদব, হরি, মকুন্দ মুরারি !! ( ময়াম নুংশ থীন, ভক্ত মুংশা মপী হোন্দুনা লৈলৈ, ভীমদমুক, চাক্লিবা মৈদমুক য়েঙই ) জয় হরিদেব ! ( ভীম হোনা লাওরম্লগ চেনশিনগ্রে )

বুধি জেজনার্দ্দন !

কুন্তি--ইবুংঙো য়ায়মা ভীম ; ( মথামম্ব দাদ য়ায়মা ! দাদ য়ায়ম কৌই লাঙই। ভীম চঙখিব মায়কৈদ য়েংল্লনা মুংশা থীনা লৈলৈ। থরনা ভীম্ব, কৌই থরনা কৃষ্ণ শোল্লি।

নকুল—য়েঙবিয়ু য়াম্বুং ! দয়াইমগী মতুংদা মৈরিনা তাম্নরি- বসি ! ( ময়াম চুংশাখিনা য়েঙৈ )

সহদে—দয়াইমা উখিত্রে মৈরক্তা চঙখ্রে।

নকুল—চাওরবা মৈচাকপা উগী খাঙহেল অমা দয়াইমগী মপা চান অরাংবদগী তাখ্রে।

যুধি—ইবুংঙো য়াইমা ! হৌন কৌই। ( ময়ামস্তু দাদ ! দাদ" ! ইরাং লাওই।

কুন্তি—ভীম নহাক লৈত্রবদি ঈমাদি মাঙলে হাম্বখি। ( ময়াম চঙহুনা লায়কয়ে। তাঙ্গাসিদ ভীম হৌনা হৌন নোক্লকই। ময়াম চুংশাখীবা, অঙকপা, হরাওবগা লোইননা য়েঙ্গি )

ভীম—( মতুংদা ) হা ! হা ! হা। ... ... ... ... কৌমুদি- গদা নহাক্কি মৈনা চাক্লমগত্রা হায়রগা। মৈ ইক্লগহুম হেন্না সনাগুম মচু ফগৎলয়ে। নহাকপু খাদোকপবুদি খরাইসি থাখি- বনবু হেন্ন কৈ। হা। হা ! হা ! ... ... ... ... ঐগী নিঙবা থুঙলে হৃক্কিক। চাকথল্লু মৈরি রাঙন চাকথৎলু ! ঐগী গদানা কুগায়বা চুংঙাইনবা ! চাকথৎলু !! চাকথৎলু !!!

যুধি—ইমা নচাগী করি থোইদোকপা তৌত্রমাগ্নে যুধিষ্ঠিরগা সহদেবগা মমা লায়কয়ে। অর্জ্জুনগা নকুলগা ভীমবু য়েঙই। ঙাইহাক লৈরগা ভীম গদা পায়হুনা চেম্বোরকই; হায়ুক হনাই ইতৈ তৈ; মফি মরোল থর থর মৈন, মচিদ চাকখ্রে )।

অর্জুন—দয়াইমা ! ( অনিমক কৌয়ে )

ভীম—ধনঞ্জয় ! ( মমা লালায়কয়বহু উই ) জননী ইমা নচা করি থোইদোকপা তৌদে। ( চঙহুনা খুরুম্মি )

কুন্তি—হরিনা চানবিব ওইসনু (নানবীবা)

ভী—জননী লেঙথংসি, য়েক্লবগী লম্নি, তশা ওমদে !

(মরাম্মক লেপ্তুনা ভায় য়েংই কুন্তিনা "ইচাদি হরিনা কল্লবনি" হায়হুনা ভীম্বু নানবি)

যুধি—ইনাওশা করম্না থেংলবা অহিংসিদ পাট্টাকিনী গঙ্গাসি লানগদগে ?

ভীম :—(থর চঙশিন্ন য়েংলগা) য়াম্বুঙ ! থাপ্ন হিহোনবা অমা হি হোল্লক্নি। মসিদ হেক্তা নমহুনা লালহল্লম্নসি।

যুধি—ভাইথো মতৌ য়েংখিসি ; ফন নকশিল্লক্লে।

নকুল—এ: এ: হি পুনশিনথ্রে ঐথোয় ভন্ন চঙলক্নি

যুধি—ইবুংঙো-য়ামনা ! লুল্লগা মতৌ য়েঙশিন্না ?

ভীম—য়াম্বুং করিগী লুল্লুগবনো ; মান চঙলক্নিবসিদগী মমায় হেক লৈথোকখিদব ননাও ভামহুনা হেক্তা কাজগে।

সহদেব—মুপানে করিমত্তা অকিবা লৈতনা চঙশিল্লক্নি (মতমসিদা "থিবর" হিন্না-বা চঙলকই)

যুধি মহাশয় কনানে, করি থবকিনো ?

থিবর ইবুংঙো মঙামক চিংনবিম্বু বিদুর বৈষ্ণবনা মকম মতম চাম থারকপনি ; ইবুংঙোশিং অমদি ইমা ইবেম্মগা লোইননা পট্টকিনী গঙ্গাসি লাম্হোকচগে লাকচরবনি। কায়নরমদায়দ ব্লেছ ভাযা ভাওনথি হায়।

যুধি—মুংঙোইদা মহাশয় ! থুরাইবুংঙোগী চক্ষা থুরুৎশুরকই ভথিহু। হলক্কী মশোকসিদা থুরাইবুংঙোগী অচম থোক্লরনি।

অচুদি মহাশয়! মকমসিদ পন্থবগী কাম্নবা লৈতে, চৎনব থোৱাং ভোৱসি।

ধিবর—য়াম্ন ফগনি ধর্ম্মরাজ।

৮ শুবা

(ধৃতরাষ্ট্রগী রাজ দরবারনি; মফম অংথোংশিং—দুর্য্যধন, ভীষ্ম, দ্রোন, শোকুনি, কর্ননচিংবা লৈ)

দুর্য্য—(চঞ্জং হন্দা চঙ্লুনা) ঈপু ভীষ্ম! গুরুদ্রোন! (মতাংসিদা মপান্দগী প্রজা থরনা মথং মথং লাওরকই)

প্রজা—মহারাজ দুর্য্যধন! ননাইবু হৌসি পুমিং হন্নি শুরে অভাংশিংগা লোইননা চর ভেল্লক্লিবা! মমাঙ্গুক্ত লৈখিদবুন শ্রাদ্ধ লোইখিবা কুইজক্রি, থবক ইনখাংস্রু মতা অমা চাত্রে শেল্লা, চানবরা থরদংদি পীগু ননাইন ওম্বা থবক শুজরগনে। (ময়াম ওক্ক ভায়)

দুর্য্য—নহাক্ক নচা থরতগীদমক্তা য়াম্নবা, মথোম্ন কাওবা পীজবা ওমজবা! ঐখোয়দি অভুক যাম্বা প্রজাগী অয়াব পুরিবনিনে। নঙ অমনা কপ্প লাওবা ঐখোয়দ চঙদে। চৎলু; অরুবা য়া থয়স্রি।

প্রজা—মহারাজ! ননায় [illegible]স্রি, ঐগী ষননী মপী মচাদং লৈবত্থ দাকুশিংনা হুবিরে। ননাইগী ইরল হায়রবু মতুন লোইজরবনি মহারাজন অমুক ননাই থাহনা থিহন্নবিয়ু।

দুর্য্য—হায় কনা কনা নৈ ? মঙক লাক্তনা ইনখো ! উশিং থঙউদবা ... ... ... ... । ( লান্মী থিক্সেৎ শেৎপা খর খোরকই । ময়াম লৈরিব অদোমদা চঙখি ) ।

লান্মী ( মতুঙদা ) হে ! হে ! চৎলু ! চৎলু !! ( হুপ হুপ কুই ) ।

ময়াম—ও ! ও ! হরি ! হরি !! হে কৃষ্ণ ! তোল্লবগী মরুপ্তো, হে পাণ্ডব ! ধম্মরাজ ! যুধিষ্ঠির ! ভীম ! অর্জ্জুন ! নকুল ! সহদেব ! নখোয়দি উরেরকো তৌরিবসে ! ( ময়াম পুম্নাং লাঙই )

দুর্য্য—শত্রুবরা ? পঙাল থাসিনাইদবা, রাজ দণ্ড থঙদবা... । ( ময়াম্নী এয়ৈকপ শেঙদনা লৈ । কর্ণ, শৌকুনি হৌন হৌন লোকই । ভীষ্ম, দ্রোন মপা চিকুনা তুমিন ময়ামক্ত হেঙত্তনা লৈ, কম্নাইবা অমা চেঙকই, দুর্য্যধন পুক্রই । ময়াম লোইননক তুমিন তুমিন লৈখ্রে ) ।

কম্নাইবা—মহারাজ ! ঙরাং অহিং অথোংবদ পাণ্ডবকী লৈকম বারনাবতকী মুমত্তু নৈ হোত্তুনা চাকখ্রে ! মুম অতৈত্ত শম্নরক্তুনা ইপু পুরোচন মন্ত্রিনচাবা মকমতুদ লৈব মী অয়াম্বা চেনহোকপ নংদনা শিখ্রে । পাণ্ডব মহাক্ত মমাগ লোয়ননা শিখ্রে ।

ধৃত্ত—( মপুক্লিংদদি গুংঙাইনা ) ইচা মচা লৈত্রবদি ইপন্দি মাঙজরেদন যুধিষ্ঠির ! ভীম ! অর্জ্জুন ! সহদেব ! নখোয় মচাগী মপাম্ন ইপম্বোনা মীরক ভীঙবনি ! ঐদি মাঙলে !!

ভীষ্ম—ধৃতরাষ্ট্র মহারাজ! হৌজিক্তি নসিঙ্গ খুংলরিবি! ও! মুংশিগ্রব ইত্ত ভাকনিদা! পীশক পীক্লিবৈদগী হগুরবা ঐগী নম অপোনবসিদ, মপান হুন্দোক্লমজ্বনা চাওনব। য়োক্লরবনিকো!!!

দ্রোন—ও! মুংশিগ্রবা সেবক ভাকনিকো! ঐগী ইচা অশ্বথামাদগী হেন্ন মুংশিজবা অর্জ্জুন্নিকো! মহাসত্তি কুন্তিশু লৈথিজ্রবকো! ওস্থোক্ল লাইন মাঙখ্রেদকো!!!

দুর্য্য—( মপুক্তদি হরাওবনা লুত্তোন শাংখলে ) ও! মপাঙল লৈবা ইনাও ভীষ্মিকো! কয়ম্ব, ত্বমধিবা বীধিনা ... ... ...।

ধৃত—ইচাথা! হৌজিক্তগী হোৌনা মঙামক অমদি ইনাওশুপীগী শ্রাদ্ধ কর্ম্ম নিঙখীন চাওনা চাওনা শোন্দবা য়াদে, দান কত্তবা য়াদে, বার্ত্তোন তোৌবা হেক্তা হৌরে। ( কৃষ্ণ, বলদেবদাওজি চঙলকই )

বলদেব—( দুর্য্যধন্দ ) মস্মাক ইবুংঙো! মঙাশিরে হায়ব ভাহুন মরোল হঙ্গে হায়হুনা লাক্লিবনি।

দুর্য্য—লেঙশিনবিসি (বলদেব, কৃষ্ণ কমকমদ কমই) অওইবনি মঙা শিরে। শ্রাদ্ধগী লাঙনরম্মী। ঐথোয় থ্বাইশু য়ামা মুংঙাই-ভনা লৈনরক্লিবনি।

কৃষ্ণ—দাওজীবু; হন্দক্লী গীতা থাংবসিদি কৃষ্ণ ঐ হোৌংনজগে।

বলদেব—য়ায় কনি ইনাওইবুংঙোন অত্নম ... ... ... ...।

( দ্বারিকাগী দুত অমা চঙলকই )

দুত—( কৃষ্ণদ খুরুমজ্বনা ) ইবুংঙো! ইবেম্মা সত্যভামাগী মপা ইবুংঙো হত্রাজিৎ নিংথৌবু শক্লখাহুনা অহিংদ থোক্লা থৌঙনা

লৈফুনা চঙশল্লগা খাঙন কক্তুনা হাংলম্লে। ইবেম্মা সত্যভামানা মাবু লম্মন খুদীনবা, মথায় লৌবিনবা কৌজরুচো লাকচবনি।

কৃষ্ণ—দাওজি! অহুদি হজিকমক ঐ দ্বারকাদ চত্তবা য়াদ্রে। খুদাইবুংভো সাত্যকিন গিড়া থাংহৌরসম্।

বলদেব—প্রান কৃষ্ণ য়ৌরুরো অহুদি শোয়দনা মঙ্গল ওইবা ওইয়ু।

কৃষ্ণ—ননাও চংচক্লখিগে ( থুরুম্বা )

বলদেব—ফরে! প্রান কৃষ্ণ, সত্রধন্বুদো সত্য ভামাগী মপা, ছত্রাজিৎনা মচানুপিবু মঙোন্দ পীনি হায়তুনা হায়কৈৎ হায়নবনি অদুদ নভোন্দ থাজখিবত্রুদ ত্তৌরিবনি। মহাক্কী ময়ায় কারবা থমোইদো মাণ্ডহনুচো অত্তগা ছত্রাজিৎ নিংথৌ হাংলবদি মহাক্ক শিরম্বা সমন্তক মনিদু সত্রধনুনা পুরম্লগনি। সত্রধ্বনু হাংলবদি মনিদু নভোন্দ পীয়ু।

কৃষ্ণ—য়াম্ম ফনি য়াম্বুং।

## ১ শুবা

## ( লম্মী )

( পালা শুপা অমগী পালাগী কিজ্রংনি, কোকয়েং য়েংলি, কৈজোম লেংলি, চন্দন খিল্লি গোরত্তার্ন জোয়া অমা পায়, য়ারী লীবা শুপা অমসুনি। চন্দন চন্না নিংখিনা খিল্লি, কৈজোম লেংলি। অনিমক ফুরিৎ লিত্তে, নোগুন কজনা থাংই। নাকন অমমদগী থোরকই অনিমক মাগী মাগী ঐ য়াইনরত্তুনা থোরকই, মথুংও মশাও, থেজায়নগে তৌই ওক্লে )।

পালা—ওঝাবু! ওঝাবু! (অনিমক দণ্ডবত তৌহুনা থুরুরৈ)

রারী লীবা—ওঝাবু! ওঝাবু!

পালা—পাণ্ডবকী শ্রাদ্ধগী, দুর্য্যধন মহারাজগী কোনুংদ লেঙবিরকপা নত্রা?

রারী—মানি ওঝাবু—পালা য়াওবিবরা?

পালা—অহোয় ওঝাবু, রারী লীবিবরা?

রারী—অহোয় রারী লিজগদোরি।

পালা—কদরায় মতাং লিবিগদগে?

রারী—ওঝাবু খঙদ্রে—লম্বীদ ঔরাইদুনা লাকপবু ইকাওবু কাওখোকদ্রে।

পালা—ননাই ঐগীসু কাওথ্রহুনা ঔরাইহুনা লাব্রিবনি। অদু ... ... ... ...অথাঁয়শিবু মীশু থোইদোকপা নৈতে অমুক্তহুম ঔরাইথোরুখিসিরা?

রারী—ননাই ঐসু ইথস্ত লম্বীদ লেপ্তুনা ঔরাইবদি হঙ্গোয়হুনা চৎন চৎন ঔরাইরবনি অনি শুরবনিনা ফনহুম করে। ঔরাই-থোরুখিসি হোরেল চোপ্তনবা।

পালা—অদুদি ওঝাগী রারীহু তারসি।

রারী—করে ওঝাবু অশোয় অঙাম তাবিয়ুকো!

শ্রী বৈশন পায়ন মুনিনা হায় তাবরা জনমেজয় মহারাজ!

পালা—ভালো ভালো ওঝা রারী লীবা

রারী—কুর্ম্ম´ পৃষ্ঠ দেশতা নিলকণ্ঠ নিংথৌনা ৎহ্মাবতি মহারাণীগা লোয়ননা পাল্লিরৈ; বীরসেন্ন বর মন্ত্রি ওইরি-

থৈগী য়ানি। নিংথৌসি মচা থাগ্গা পান্দে। শিব মহাদেবগী কৃপাদগী মচা সুপা অমা ফংজখি। মহাদেবনা লাক্কনা হায়খি — "হে নিংথৌ! নঙগী নচাসি নঙোন্দগী য়াশি গুণ য়াগ্গা হেল্লি; ময়মহুনা মাগা লৈমিয়বা থা অনি হেক তুবদা মহারাজ শিগদৌরি। অহুনা মহু কোরুবা য়াইসি য়োংলু" অসি হায়হুনা য়াই অমা পীবিরম্মি। নিংথৌনা য়াইহু মহারাণীদ, তাইহাক লৈরগা য়োংকে হায়হুনা চেকশন থম্নবা শিয়ে। মহারাণীন য়াইহু অতাং মমাঙদ কাওরমহুনা অতাংহুনা য়োংখ্রে। নিংথৌন থিবদ থঙদে। অহুদগী নিংথৌন অঙাংহুনা য়োংলম্নি অহুনদি অতাংশি হাংপ তারে হায়ন মপুক্লিংদ লেপ্লে। নোংম ঈশ্নীংদা তাওবা উপুমচা অমদ সুংশিয়বা মচাহু হাপচল্লগা মহারাণী খঙহন্দনা থাদখি।

উপুহু কুয়াল দেশতা শান্তধ্বজ নিংথৌগী কুরুপ্পা কৌবা ধেব অমনা থুন্নে। মচা থাগ্গা পান্দে, অতাংহু ফংবদা হরাওজরে। মমিংন গুনধ্বজ থোল্লে। চাওরক্লহুনা নোংমা শগোল অমা তোংলহুনা বল্দ কোয়রকই। মপা ধেবন শোমদ "কমদৌরুবা!" থন্দুনা মপুক্লিং য়াহৌই। বন্দুদ মশক্তি উদনা মাগী মমিং কৌরকই। য়েঙবদা কামহুহা খুজায় অমনা—"থোকহল্লিংবত থোকহনবা য়াব কামহুহা খুজায়নি ঐবু লৌ" হায়রকই। মহু মানা পুরক্লে। খর চংলগ অমুকসু মশক উদনা মাগী মমিং অমুকসু কৌরক্লে। চঙহুনা য়েংবদ দলাই মচা অমনা—"তোংলি-মথৈ চনবা লেপ্ল, হায়বদ লেপ্ল, চংলু হায়বদ চংপা দলাইনি। নঙবু তাইবা কুইয়ে। ঐবু তোংলগা ব্রহ্মান্দসি মিংকুপ অমদ কোয়বা য়াগনি। শগোলহু থাদোবখ্রো ঐবু তোংউ" অহুগী

মতুংদা গুনধ্বজ্জনা দলাইত্থ তোংত্থনা লম কয়া পাইরক্লম্মি। বম অমদা থাই ; মনাহে অমা উম্র্‌বদা ভেনরা ওল্লি, কু কামংথোকপম-মী অমুক ওল্লি। মত্থম হেক্তুনা পুসিন্নে।

উল্লটা দেশকী নিংথৌ বীরভদ্রগী কোম্বং য়োন্নে। চাক-য়ান্ন তাওলন্নে, লৈপাক্কো। গুণধ্বজ্জনা কামত্থহাগী মত্তেংনা কুম্না দলান নিঙখিবা থোকহন্নে ; অচা অথক পুন্নমক য়াম্ননা থোকহন্ননা সদাব্রত তৌই, চাক থাওই। লৈপাক্তুদা নুপ্পারী ওকবী মমা মচা মুপী ওাক্তা অনিথক লৈরম্মি।

মমা মচা রা তানৈ—মুপা অসিনা হি-য়াই অমা য়াওদনা অশুক য়াম্বা লৈবাক প্রজাগী ওকবা পিজ পিথক তৌরিবসি ওম্বা হৌনদে। মমানা মচামুপীত্থদা হায়—"নঙ ওসিদি মাগীদা লেকইরো ! নঙগী লৈজবী বুদ্ধি লৌশিং পুথোক্তুম্রা মাবু শুমজুরো ! অত্থনা গুলিসি পীজো, থেমত্থনা। মত্থদা মানা হন্দোরকনি—মত্থদা করি য়াওবগে য়েঙউ ! অত্থদগী মানা রাম্ব্থনা লৈরিত্তৈদা কাত্থদা করি করি লৈবগে য়েংলগা পুরকউ। হন্দক্তি ইমা ইচা মুংঙাইগদৌরি"!!

মমাগী য়াথং মতুং ইন্দুনা মচামুপীত্থনা পাংথোক্লমই। গুনধ্ব-জ্জনা হন্দোকপদা মপাগী য়াইত্থ য়াওরকই। মনা পঙথত্থনা লৈরিত্তৈদা মুপীত্থনা য়ুমগী কাচিন কোয়াদ কোয়য়েং য়েংই। গুনধ্বজনা হন্দোকপদা য়াওবা য়াই অত্থনে দলাইনে, থুজাইনে অহুমত্থ পুত্থনা চেনথ্রে। গুনধ্বজ মিকপ থোরকপদা, জ্ঞান তারকপদা মুপীসু, মাগী হী-য়াই অমত্তা লৈরমদ্রে জ্ঞান মাওলে। নোংঙাল্লমদাইদা বন্দগী হৈত্থ উমত্থনা ভেনরা ওন্দুনা পাইরক্লে।

লৈপাক অমদা থুংলে ; মী অমত্তা লৈতে, য়ুম ভাক্তা, মুরা দলান ভাক্তা ভায়। য়ুম অমদা য়েঙবদা ফিরানথোক্তা ইম্নফি অমা য়ানবা ঊই। মাঙ্গোনগী থাংজেন্দা তোংহুনা "মুমশিবু কনা কনা লৈবিবগে"? হংই।

কজরবী কন্যা অমা থোরকই। "কনা ওইরবনো"? হায়না খুম্মি। তেনরান "ইবেম্ম ঐনি" হায়ন খুম্মি। কন্যাহুনা— "লাও লাও শুক পক্ষি পাইথরকউ খুত্তা" হায়ন কৌই। তেনরামা—"ইবেম্মা ঐ মীনি ; নঙগী লৈবাক্তা মরম হায় তাকথো ; ঐ চিংনৈ "। দুপ্পীহুনা মাগী রারী লীথরকই—"ঐগী ইপাদি নিংথৌনি, মহারাণীদো হিংচাবীনা পোকপনি। ইপা নিংথৌ সুদেশ প্রজাসু ইমা মহারাণীসু ইবেল হিংচাবিনা চাথোকখ্রে। ঐবুদি লুহোংবিনি হায়হুনা থম্লিবনি। নিপা ওইরবদি বরিজগে"। রাহু তাবদা ময়াদগী ঊহৈতু লোথোক্তুনা তেনরাত মী ওল্লে। কন্যাগী মনাক্তা চঙলকই—"ইবেম্ম ঐসু নিংথৌ মচানি লম কোয়রকপনি অসুম মাগী পরিশ্চয় তাকই। কন্যানা—"ইমুংদা লোত্তুনা লৈবিয়ু! ইবেল হিংচাবী লাক্লগা ঐ ভাংনজগে" অসুম লৈখি। মবেল হিংচাবত্তি লাক্কনা মথোয়নি লুহোংবিরমই। অদুদগী "ঐ লৈবদি দুপাসিনা চিংনগনি, অরাবা তারবা কান্দা হেক কোরকউ" হায়রক্লগা চৎখি।

নোংমা গুনধবজনা শীঙ চনবা চৎক্লিদৈদা—বীরভদ্র নিংথৌগী মনারশিংনা রাজ কন্যাসিবু কাহুনা পুখিরমই রাথোক্তি অসুম থোকখিবনি। কন্যাসিনা শমজেৎ হাংপদা কেল্লকপ শদুম অমা ঊপু মচা অমদা মথুম চেৎনা খুম জল্লগা তুরেলদা থাদখি। মহ

কোন্নুংগী নিংথেম স্থবিনা খুল্লগা নিংথৌদ কৎলি। নিংথৌনা শমশি পানবা হুপীহু মহারাণী হাপকনি হায়হ্নুনা। সনা লুপা কয়া-মক্কম তিংনা থিয়ে, ফংদরে। মহানগী হুপী ওক্তবী মমা মচাহ্নুনা তারহ্নুনা মনা মথুম ফংনবা হায়হ্নুমা নিংথৌগী ৱাথং লোৱগা, মখোয়না হুহৌবা দলাই অপাইবহু তোংহ্নুনা হুপীহু থীরকপদা থেংনহ্নুনা কারবপনি।

নিংথৌনা মহারাণী হাপকে হায়বদা মপুরোয়বা লৈরবিনি হায়হ্নুনা কন্যান য়াদে; অহুবু হুমিৎ নিপান্নিদং কাংক্লৈবুংদা জগৎসিদা লৈরিবা উচেক ময়ামসিগী সদাব্রত থাগজগে। উচেকী মচিঞ্জাক—চেং, হৱাইনচিংবা মখল শুনা পীবিয়ু। অহুগী মতুংদা অৱেপ্পা রা হায়জগে হায়রে। নিংথৌনা কন্যাগী নিংবা থুংনবা হোৎনরে। অসোমদা নিংথৌ মচাহ্নুপা, গুনধ্বজনা শীং চনবা হক্লকপদদি কন্যাহু লৈরমন্ত্রে। তেনৱা ওন্দুনা কোয়পায় পায়হ্নুনা থিরকপদা—উল্লটা দেশতা উচেকশিংগী সদা ব্রত তৌরি হায়ব তাহ্নুনা পাইরক্লে। মফমহ্নুদা কন্যাহুগা থেংনরে। নিংথৌদ মখোয়নিগী ৱারী পুম্বা তরে। নহান চাক্তাংবা মতমদ সদা ব্রত তৌরম্বহু মহাক্লি হায়না তাকক্লে। নিংথৌনা গুনধ্বজবু দৈবিনি; তৌবিমস থগুদবা হায়বহু নিংথৌ মহাক ওইরে; মশাগী মরাল ভাকপীয়ু হায়জরে। লুপ্পাবি মমাহু কোৎতুনা ময়ুমদ কুরুপ তৌবদা গুনধ্বজগী দলায়, কামহ্নুহানচিংবা পুম্বা ফংখি। মহাকী প্রিয়াগা লোয়ননা মপা শক্লা য়োক্লবা থোব অমসুং মপাবুং মহারাজ থগুনখি।

রারী লীব—ঐদি মসি হেক্তা লীরুরগদবনি। নগী মত্তেক অমতং চাং রেংশিদনা ?

পালা—পালা হোৎে থেংলে, ময়ায় শাগুনরয়গনি। চৎশি ( মখোয়নি খোকখিবা )

১০ শুবা

( ধৃতরাষ্ট্রগী রাজ দরবারনি, ভিস্ম, দ্রোন, কর্ন, শৌকুনি, দুর্য্যধন, বীদুরনচিংবা, অগুম অথৌশিং লৈ )

কর্ন—মহারাজ দুর্য্যধন। পঞ্চাল দেশকী নিংথৌ, দ্রুপদগী মচাদুপি, জজ্ঞশেনি দ্রৌপতিবু লৈক্ষ্য কক্তুনা লৌখিবা ব্রহ্মন মচাদু কনদি মক্কজরে, মখুং মশা কন শিংজরে।

দুর্য্য—অদুবু মরুপ! মান লৈক্ষ্য ককখিবদু তান চারুদুনা গুমজবা জাংনি ; গুরুদ্রোন, ইপু ভীষ্মমক্কাওবা ককপা গুমত্রবা লৈক্ষ্যদুবু কৈস্ম লৈত্রবা চাক্লিবা ব্রাহ্মন মচাদুনা ওম্বা হোনদে।

শৌকু—মানি! মখুং মশাদি কাবক কাবক হৈজরবদুদা, ময়াইবক রেংশিরা হায়দুনা মহোৎনজরুবা জাংনি অদুদ, তান চারগা কোলা চায় হারবদু মঙোন্দ খোকত্রে। ( বিদুর চগুলকপা ময়াম্মক্তা থুরুম্বা )

বিদুর—খুরুমজরি, মহারাজ অমদি অগুম অথৌশিং।

ভিস্ম—বিদুর নগু লাকপদি করি রারমগীনো ?

বিদুর—ননায় মগাদু পঞ্চাল দেশতা লৈরে পঞ্চাল দেশকী নিংথৌ দ্রুপদগী মচাদুগী দ্রৌপতিবু লৈক্ষ কক্তুনা লৌখিবদু মগু ইবুংঙো অর্জুনি, হায়না শ্রীকৃষ্ণনা তম্নমই। ননাই ঐঙোন্দ।

দুর্য্য—ময়াম্মক ভাবিয়ু ময়াম্নদি ঐখোয়বু কত্তে হায়রি; অহুগা মঙাদি য়েঙবিয়ু—নহার শিত্রবদি কোক খোরক্রবদি গ্রাক্কী ময়ামক অরেম্বদা মাঙগম্রদো। কয়াদ মপুক কংখিত্রবনো?

দ্রোন - দুর্য্যধন!! পঙঙাং ঙাংলেনা! মখোয়না শাবিহুনা মঙাবু লৈহনবা বানবতিগী য়ুমহুদি চাকপদ ঘি খাও মনম নম্মী, য়ুম্বী মন্থংফাওবা ঘি খাও য়াওরম্মী হায় মীনা হায়নববু .........!!

কর্ন—ওম্মোকপনিদ নহান লৈক্ষ্য ককখিবহু অর্জ্জুনি হায়ব খঙলম্রবদি হাজ্জোক্লমদোবু।

দ্রোন :—তুমিল্লেয় কর্ন! নঙন অর্জ্জুনগা লম্বা পাগে খল্লিবরা? নাহান লৈক্ষ্য ককপদা কোইচেন চেনবহু কাওরবর, লানকমদো!

শৌকুনি :— কান্নদে! মহারাজ দুর্যধন! পঞ্চাল দেশতা লৈরিভৈ মতমসিদা মখোয়গী লৈকম য়ুমহু মৈ হেক্কা থারসি। মহুদা চেন্থোরকপহু মহাবীর কর্ননা ওম্র থা-থাহুনা হেক্কা তুম হাংপা!!

দুর্য্য—কান্নদে—থোং মনিঙ মমাং লোম্লগা থাবকাও শিবিরবা মচিন মনাও মঙাহুবু. মলহাংদা মৈ থারুহুনা ওইব ম্নারোই।

দুশাসন—মহারাজ! মীমাঙদম্ভ্ ফজবা নিঙখিনা "শিরুরে র খল্লুরববু, হিংলে তাবদা য়াম্ম লুংঙাইরে" হায়রহুনা চাক্কোরগা হু পীজহুনা হাজ্জোক্লসি; য়েক্লবা লৈজনবা।

দুর্য্য—হু চখোম চখোম ইন্দুনা পীজবদা হু হম্নক্লবনি মহুম্ন কান্নরোয়।

ধৃত্ত—কাপ্লদে—নখোয় নহাগী রা লৌবদ ঐ কয়া কয়া চোপ্প নঙলে। ইপুখোয়গী রা অমা তাসি।

দ্রোন—মহারাজ! মিংচৎ থীবগী মথক্তা অমুক হন্ন খিব খোক্তনবা। অদুগীস্থ মথক্তা হান্নগী মিঙচৎ থীবস্থ মীনা চিংনবা কোক্লবা খাণ্ড প্রস্থ হায়বা মকমসি পীথোক্তুনা মখোয়শু মখোয়গী খোকপা অমা লৈজসনু।

বিত্তুর—ননাই ঐহাকস্থ মহুনা পাম্মী।

তুর্য্য—মাম্ম!! মঙাগী রা থন্নগনি হায়রবদি চজিক চাতুনা হেক মরাকপা অতুগা ঐখোয়গী রা অমত্তং থন্নসি হায়রবদি হকচাং শুমদে হায়তুনা হেক্তা কোন্নুং মকারক্তবা, মাম্মনি...... !!

ধৃত্ত—ভাইখো তুর্যাধন!! ইপুখোয়না ঐখোয়গী মীশু ওইবা মঙাগী মীশু ওইবা মী অমা থাবিত্তুনা মঙাবু কৌবিক্ল শুরুগী য়াথং পাঙথোক্লবা।

ভিষ্ম—অত্তুনি বিত্তুর নঙনা চত্তুনা পাণ্ডশিংসি নিঙথিনা তম্লুরো।

---

লোইরবা।